কোজবী—

শ্রীমতি বীনোদিনী দেবী

১৯৭০



মমল লুপা ৪.০০

নম্বম : ভাগাবতী কার্যালয়. চুড়াচান্দ প্রিন্টিং বার্কস, ইম্ফাল

# হাঙৈজবা

শোক ১৯৪৫ ইংদা এরিয়ান থিয়েটরগী-হোলসি শাগৎলকপদা, মৈত্রবাককী অরিবা, পুরায়চিংবগী—"কোক ড্রামা" শানহুনা উৎননবা হোৎনজবদা মতম অহুদদি মীতৈ ঐখোঙৈতগী ওঙৈবা লিলা লাঙৈরিক অসি লৈরমদবনা রারিনচিংবা লিলাদা চংশদবা মচাক কয়া নৌনা কোইখি থিজহুনা লিলা লাইরিক অসি ইননবা হোৎনজখি।

মোইরাং কংলৈপোনগী ওঙৈবা রারি অসিগী মপুং ফাবা মরেক চুয়া ইবা লাইরিক থিবা কংজদবদগী মতম অহুগী ওঝা—মোইরাংগী খাত্রাকপা, থৌবান শ্রীকহ্নাই পেনা শকপা ওঝা ৺অহোংজাও সিংহ অমস্নুং পুয়াম শ্রীইবোমচা সিংহ ওঝা মরিদগী রারিনাচিংবা রাহৈ রাতা অরাম্বা খোমজিনজখি।

ঐনা ইজবা হৌবদা কোহিমাদা ঠিকাগী থবক্তা নম্বা লৈখিবনা ওঝাশিংদগী হংজনিংবা থংজনিংবা কয়া উনজবা ওমদা মতম শাংনা লাইরিক অসি লোঙৈবা ওমদনা লৈবদগী লোঙৈনিংবতনা মরম অঙৈহুনা থংজ হৈজদা কোহিমাদা তাং ১৫।১।৪৯ ইংদা ইবা লোইশনজখি।

এরিয়ান থিয়েটরনা লিলা অসি শামনবা হোৎনবীবদা মতম অহুদা মণিপুরগী হৈজদা মীতৈগী চৎনবী উৎপা আর্টিশশিংদা নৌমা খোঙপদা নকনা থুয়াং ঈশৈনচিংবা শরুবা হোৎনবদা হজোঙৈবগা লোঙৈননা হৈতবদগী মথকী ওঝাশিংগা মতম চৎনা কয়া হোৎনবীহুনা লিলা অসি হয়া হয়া উৎপিখি।

"য়াইথিংকোন্থ" হাঙ্গবা মখিং অসিগী লিলা লাইরিক অসিনা মতিক চাদে হাঙবা থংজনা শেমদোকচদা মণিপুর গোভর্ণমেন্ট ইডুকেসন ডিরেক্টরগী মতেংনা অমস্থং ওঝাশিং অমদি এরিয়ানগী আর্টিষশিংগী মপান্দগী ড্রামা লাইরিক অমনি হাঙ্গনা কোংজবা থংজ হৈজদবা মীশক অমনি হাঙ্গনা ডাক্পিনব। হয়া হয়া হাঙ্গজরি।

এম, বীরমঙ্গল

# লিলাদা চংবা মীশকশিং

অমসুং

## শক্তমখিবা এরিয়ান থিয়েটরগী আর্টিশশিং

নুপী —

১। য়াইথিংকোন্নু—শ্রীবীমলা দেবী।

২। পোংনু—মতারোই—শ্রীসাবিত্রী দেবী।

৩। থোইনু হনবী—কোন্নুগী মচানুপী—শ্রীধবলী দেবী।

৪। খুম্বোলেম্বী—মমাতোন—শ্রীরুহিনী দেবী।

৫। পাম্বোম্বী—মাঙ্গবী—শ্রীনয়নী দেবী।

৬। শাবী মতারোইশিং—শ্রীকমলা দেবী, শ্রীসখি দেবী শ্রীইবেয়াইমা দেবীনচিংবী এরিয়ানগী এক্ট্রেশশিং।

নিপা

১। খোয়োল হাওবা—শ্রীযোগিন্দ্র সিংহ

২। খুমন কাওবা চিংথাও লমথং পানবা হিওবা— শ্রীতোংব্রম ইবোতোম্বী সিংহ।

৩। মোইরাং নোংবান লুবাং হোংনেমন্নুবা—য়াইথিংকোন্নুগী মপা— টি এইচঃ পিশক সিং।

৪। পম্হেনবা—নিঙোল লাকপা হাওবগী মবাই—শ্রীমধুমঙ্গল শর্ম্মা।

৫। হাওদিকোন ভকোন লৌথিবা—য়াইথিংকোন্নুগী মচানিপা

৬। শানৌ তমবশিং— শ্রীবীধু সিংহ, শ্রীইবোতোন শর্মানাসিবা এরিয়ানগী এক্টরশিং।

৭ । পাওজেনবা—

ষ্টেজ অমস্থং লাইট—

শ্রীলালা শর্ম্মা ।

ঈশৈ—

শ্রীঅহোংজাও সিংহ ।

শ্রীইবোমচা সিংহ ।

ফিজোন—

শ্রীইবোতোন শর্ম্মা ।

ঈশৈগী ডিরেক্টর—

শ্রীদেবকিশ্বর শর্ম্মা ।

ডিরেক্টর—

এম: বীরমঙ্গল ।

# "শায়োন তরেৎ"

১বা। চিংনাংলোক্কী থাকপা নিংথৌ পুরৈরোম্বা হাক্তক্তা।

১বা

থমঙ্গুং য়াইথিংকোম্ন।

শাম্ব লমপানবা।

২বা

থোংনাং লাঙ্গৈয়ৌলেম্বী।

হেঞ্জুনহা।

২বা। সনা লৌথ্বা হাক্তক্তা।

৩বা

মোইরাং য়াইথিংকোম্ন।

খোয়োল হাওবা।

৩বা। লাইজিং নিংথৌ হাক্তক্তা।

৪বা

তোম্ন লাইজিংলেম্বী।

কদেং থাংজ হনবা।

৫বা

পিদোংম্ন।

উরানহা খোংজোম্বা।

৪বা। মোইরাং নিংথৌ লাইজিংথু হাক্তক্তা।

৬বা

কৌওইবী।

অকোংজাম্বা।

৭বা

থোইবী।

থম্বা।

# য়াইথিংকোন্নু

---

১বা মতাং

১বা উৎপা

## কোন্নুগী কা

কোম্ম অমম্মুং পোংম্ম ভুমই

পাম্মোঙ্গবী ঙৈশৈ :—

হা—

ইথোইনৌ ইত্তা শায়োনবী
মুংশি কোলোয় "য়াইথিংকোন্নু" ইত্তারোই !!
পাম্মু মুংশি ইদোল লাঙ্গিজদ
শায়োন অনি ইয়াক্রুদনা
চিংঙু লিঙ্গা ওইপ্রবী ইত্তারোই !!
নখোইনৌ পাম্মোঙ্গবীনা য়াকাইরি
খোইনৌ নংবু খোমলেন মিকপ্রোনে মুংশিবী !!
ভুজা নর্তঈ লাংগীদমকপু ইত্তারোই
খোয়োল ঙৌবী শোয়বুংদ

খুয়োন-হাওবা শায়োনন
লমজা অতারু নায়োংপা
কুমাং মশিংবু মায়কলেনে শায়োনবী।
মপু কোন ঈথোইদ
মুংঙাই মাইফ ইরোইনা।
মুজা নথৌ কাওরবরা ? ইতায়োই।
না থোইনৌ নংবু থোংদায়ো
পান্মুই মুংশি লমদমনিমু লমমুংশি
মাপ্প হৈনা থোঙ্গুল লিজকরোনে
লয়েল খোয়োনভৌবী শোর
চেক্লা 'নীঙম চিলোরু
নিংব ভলাং মশাদ
মুংশি কায়দোংমিম্ন
মারা চিঙোই পাওমেম্নয়োনে ইতায়োই মুংশিবী !!

( চংথে )

কোম্ব—[ মংদগী তাইবং ফাওনা ]

খোয়োন ভৌবী শোয়বৃন্দ—
মুজা ইভুং লাংগী
থংলেন মানজ পান্মুবা'
মানা মতম লেনবিবা
কয়িনা লমন শিংজনি ?
সমু মাই ওনবিমু

পায়মা পুক্লিং হোংবিয়ু
[ হৌগত্নুনা ] মানক ন'ব্ লোয়ুম্বা
পায়মা কিশি কিবিয়ু
পাম্মু নংগী নগুংলাং
তাইবং লাঙোল কুম্নক্লে
মুংশি হৌয়ী কোনজরি—
পোংয়ু—[ খংনা হৌগত্নুনা মঙ্গিৎ নোইহনা
ইত্তক তকনা এংবা। ]
কোমু—য়াংলেন পুঙ্গোই মরূমদং
মুংশি কোলোয় পাওমেয়খিসি।
পোংয়ু—[ হৌগত্নুনা খোংদ এংউই হজয়কই ]
কোমু—[ মুংশিনা এংলম্বদগী ভাব তারকই ]
পোংয়ু—ইবেম্মা! [ কোমুনা তত্তক তত্তক এংই ]
ইবেম্মা! তাইবংলা ?—মংলানলা ?
লাঙ্গবক কবা তম্ব কনাগী মুংওনচানো।
[ কোমুনা পোংয়ুদ মুয়া এংই
মাপ তরং তরং চেয়কই। ]
পোংয়ু—ইবেম্মা! তরং লাইজ ইরাহৌ
পোংয়ুবু চিংনা এংবিব;—
কোমু—খোয়োন ঙৌবী শোয়—
পোংয়ু—উম্—হয়েং ইমুংশোয়া তৈম তান
নতায়োই খিখিক লোয়ননা
লেমলৈ তামি খেমউনি।

কোম্—হুংশি শকতম্ নিংখিবা
　　পায়মা হুংদা হুংওয়ে
　　হুংশি হুংশি মাংখরে
　　পামু পামু উথিত্রে —
পোংম্—করি মদো লাত্তোল কৌবগে
　　ত্তৌরিসিবো ?
কোম্—কোলোয় হুংশি মিংথৈনা
　　খোয়োল হাওবা !
পোংম্—চিংচু কত্তকরম
　　তম কলক্ কনাব্
　　মুরা মিংত্তা উবগে ?
কোম্—[ শোক্লপ ] হা—হা—হা—হা
পোংম্—[ কোম্ কোম্না ] ইবেম্মা !
　　খোমলেন তুমগন ত্তানবিরো
　　মংলাননা ত্তাইবং ফাওরে।
কোম্—[ নোক্লিংনা ] পোংম্ !—
পোংম্—ইবেম্মা।
কোম্—[ শককম হঙ্গরা ] পোংম্ !
পোংম্—ইবেম্মা !
কোম্—[ রানা ] পোংম্ !—
পোংম্—হৈমা—ঐনে—ঐনে—ঐসে পোংম্বে—
　　খুংজরিসে মনাইনে।

খোম্বু— হা—হা—পাম্বু চেংলৌ অহেমবা।
তাইবংদ সোইদ ফংনিকো ?
[ কানা ]—মংলান শঈহনা মাংলদি ?
পোংম্বু—অমুক হৌরেনে—
ইবেম্মা চান্নদৌরিব্রা ?
ননাই পোংম্বু কিজৈরে,
পম্মো অপোকপদ হঙ্গংকে ?
খোম্বু—[ হুংশিনা ] পম্মো তাদব তাসম্বু
পলেম থংদবা থংসম্বু
হুংশি মতুং লাগীনি
পাম্বু মহাক থক্কনি।
মানজ মাবু উরবা
নিঙোন থন্নাই কংচগে
চিঙু লায়না থংবিহৌ।
পোংম্বু—হৈমা—ইবেম্মা।
ভকচরেদা শরিশো
মংদ খোকপা—মংদ উবা
তাইবং ফাঙনা রাচানা
শরি নামুং খোনবিবা ?
হন্দক লাঙোল অসিমা
মানজ চেংলৌ উদনা
হুজা নাইতোম্ সেঈরেদো—

## ঈশৈ

হা—চিঙু লায়ও লায়নিংথৌ !
মুজা চেংলৌ অহেনবী
মুরা লক্কগী অথোইবী
লৈমরোলশিংগী লুচিংবী
রাশক চেংপী মুংঙম্বী
মংলান তম্ব য়োহেনব
নিঙ্তোন থরাই কংখিবা
তাইবংদ করম ওঙ্গপনি
চিঙু লায়না কুবিরু !

[ থংহৌদনা পো'ন্থ, কোন্থু জগোঙ্গী শাখি ]

## কোন্থু ঈশৈ

ইবুধৌ থাংজিং কোইরেল্লাই !
নত্ত লায়বক চাওবীনা
মংলান মানজ লোয়ুম্বা
থংজেন মন্তুং লাঁংগী
কুমসি কুমজা হয়াওবা
নিঙ্তোন শিম্দম চরৈ ফি
লৈপুং-রাদি তাংজুম্বা
মতোল উচিরা পুমুম্বা
কংলৈ চিরা মরিদা

ফিরান মথোল তরেৎপু
নও ঐনা কৎচগে
মংলান লেপ্পা শকতম্বু
তাঙ্গীবংদা ওান্না উক্তগে !!

হোংনেমম্বুম—[ মম্বুংদগী ] পোংম্বু !

পোংম্বু—পম্বো অপোকপা !

হোংনেম—নপু ননাইনা কোলোয় কেৎনা
পাওশম্বুবু—য়োয়মম্নায় খোংদোর হুল্লব্রা ?
[ পোংম্বুনা কোম্বুবু ফম্বু দ
চিংশম্বুনা ফমহ্'ন্নি। ]

হোংনেম—[ খুন্নম তোংনা চ'ল্কুনা ]
ইম্বুং সোন্না তৈত্রিতৈও.
খোংগাং য়াইরেক্ তম্বদি করিগীনো ইচাশা ?

পোংম্বু—পম্বো অপোকপা ! ইম্বুং সোরা তৈরবোই খম্মুনা।
হুয়ে' লোক্তাক্ ওাখি থেম্বগী—
চৎনরোই ইতা শিম্ব'জবনি।

হোংনেম—ওনমন্নি—ওনখন্নি—
খোমলেন ফুমগন্ তানখো—
[ চ'গে তৌবা ]

পোংম্বু—অপোকপা !

হোংনেম—কৈনো পোংম্বু !

পোংমু—হয়েং কোইরৌ খোথাংবা—

নিঙোনচা ময়ামনা

ইনফু মালং তান

হঙেন তাইখপ্ লাক

লেমলৈ তামি থেম্বদ

তনবা কনা চংহুনা,

মিৎয়েং সংদান,

লোক্তাক নাচুম্ য়ৈ,

অকারম লুথুম্ হনবিম্ব

পাম্বী য়াঙবা অচেৎপনা

মালোই পাওজেনবিয়ু।

হোংমেম—হো—হো—হো—নিংজ শকক মারমমু

ইপানা হাঁতক খোগাইবিনি।

ইমুংম নোংলেন সোঙ্গৈরোইদবনু

চিংথৈ লাম্-মা খোগাইমু

খোংলেন তুমগন তানখো।

নরোইচা মরক্তা

চদৎ চহোইনরকনি।

[ চংখি ]

কোমু—ইমুংম নোংলেন সোঙ্গৈরোইদবা—

নিংজ শকক মারমবু—

পাঙ্গোপী মাওবাদি

চিঙু লায়গী মথংনি
নিংজ শরুক লেংদবী
চিঙু লায়না কুবিরনি।
পোংমু—মুংঙাঈবিরেদা শরিসো
ঙাওমি শোইরোই ইবেম্মা!
মংনা অসি য়ৌরদি
ভাঈবংকা কাওরদি
কান পুম ওম্মরে ই।
চানবা ওম্বনা উরদি
মুজা নত্তোম নত্তনা
মুজা পুম্বা চেম্মান
করি মুংওন চানোদা।
পোংমু ঐমু মুজানি
মুংওমিংঙাই লৈত্তগুম্
ইকাই শকোই হাংলেমা করিনো?
কোমু—চিনখিবী!
মুংশি মমি ভাঙিবী।
নংঙুম অঙাওবীনা
পাম্মু মুংশি মৈচাক
থংনিংঙাই ওইবা নতিকদা?
পোংমু—হৈমা ঐনা ঙাওরে? কিজরেদ—
মতুংদদি—

মংলান তনবা পিদে হাঙ্গৈনা
পোংম্বদহুম্ তাখিরকনিকো ।

কোম্ব—ইখোইনৌ চাম্বী !

কোলোয় করম পাওতাকসিপে
খোয়েল মংলান মানজগী
স্না লৈগা কোংখাবা
চেংলৌ শকতম্ অহেনবা
মুজা পরৈ অথুপ্পা
পুন্সি চেংজেন পরৈহন
পাম্মু লৈপুন কংদনা
মীরম খনবা লৈগুম্না
মাংঙ্ব্রবা ইতা ?

পোংম্ব—মাংঙোহ মাংঙোই
মাংগদবা মংলান তম্বনা ম্যাংব্রম্ব
মাংবা য়াদবা মবেন্মা মাংদ্রি ।
হয়েং লোক্তাক্ ওাখি তানবদ
পঙ্খো কোলোয় খৌওইদ
তনবা কনা লাক্লবা
ময়ায়ংগী পাবোং নাতৈনপনি ।
পাম্মু শানা কাখিনি ।

কোম্ব—চয়োদহে—

গুরু চাঙ্গংপদবা য়া

শেৎথুং চাথুংদ রানা
নারাইরকনু।
চৎলো—
মোয়মরায় খোংদোয় হুল্লরিনি
চৎনবা থৌরম লাংউরো।

পোংমু—( মুংশা মপি হোন্দুনা )
হুম্—
করকপরা হাঙৈবনু
থোইনা অহোইনরকলে—
কদোগে ইযেম্মা! চৎকদবা মরৈরেবা
ইমুং সোরা তৈরগা, সোইদ খোংদোয় হুল্লনি।
রাংলেন পুংখাই মরুমদং
মুজা পমবাল লাংদ থোমলেন রাত্তাবিথো।

কোমু—ইমুংগী ইহল্ লোইত্রিবা?
লোক্তাক ইরাল কাওত্রিবা?
নিংজ পুক্লিং লেংদবী।
অকাও শরুক নাইজবী।
মানজ হুম মংদমসি।
[ কমুংদা হিপথৈ, পোংমুনা মফি
মরোন শেমজনবী, পোংমুমু হিপই। ]

কোমু—পোংমু—

পোংম্নু— খ'জয়ে কৌবিজ্রবস্নু য়ারে—
হাংলেন মিকুপমুক্ত পোথাবিছৌ
ননাই পোংম্নুনা সোইদনবা শিঞ্জনি।
[ পোংম্নুস্নু ত্রিপটৈ ]
কোম্নু—পোংম্নু নংবু তুমগন হুনবরা ?
[ পোংম্নু খুমদে ]
ইখোইনৌ নংবু তাবরা ?—
অচানবী— ?
পোংম্নু—তাই হাইমি ইবেম্মা ?
তাঙ্গুনা খুমজিনে
তাজিদি খুম্মগদনে।
পংইদকো ইবেম্মা !
তুমগল থুনা হুন্দুনা
খোম্নেল মংহনবিনবা
মুক্তা হাতাজরোনে।
[ কোম্নু মমিৎ উইশন্দুনা তুম্না থেমই।
পোংম্নু নোক্মি নোক্মি হুদুনা এংলগা ]
ইবেম্মা !— ( খুমদে )
হোয়নে—হোয়নে
শাংথ তুমগল হুঞ্জরো
মংলান মানজ লোয়ুব
লেংদ নৈপুন শেমজরো
মঙ্গেম্ অরা হাপচরো।

কোম্বু— [ কৈজুপ য়্রং কাওথোক্লুনা হৌগৎপা ]

চিনথীবী !

নঙোম ভুমগন তাঙ্গয়ো

পঙ্খৌ মাঙ্গোল খেঙ্গোংলাং

য়ায়য়েক মিশেল খাংজগে ।

[ শাওনা থোকখি ]

পোংম্বু—[ হৌগল্লুনা ] কিজরেদ।—

খয়ুম লায়বু খিবরা ?

নয়ু ভাইবংবু এংবরা ?

সুংশিবনা য়াল্লবোই

খংননবদি নৈজাত্র ।

মংলান মানজ নংনা কুবিয় কুবিয়

**Light off**

২শুবা শুইংপা

# লোক্তাক ময়া লম্বী ( নোংঙাল্লমদাই )

তনবা অহুম থাংজো, লু, তুজোন পাইছনা চংলকপা—

তনবা ১বা—ইবাইহন !

তনবা ২বা—ইশেন !

১বা—ঙসি কৌবা নোংজাসি
লৈমরোল পুম্ব লোক্তাক পাং
লেমলৈ ঙামি তানবা কান্
মানু সোঙ্গদ লাকপা য়াইন ?
ঙসি ইথৌ থৌগাংদা
কোলোয় পাঙমেল্লহৌগে।

তনবা ৩বা—নুংঙাইদা শরিসো—
তনবা নপামকৃনিদা—
মিংউ নিংউ—পায়মন্থুংদ কয়া কিশি কি
নিংজ পরৈ চেংহন্নু মা—করি লাকঙই
অহল লমন্ পাওরোনা
নিংবু নিংলবদি থুজ লৈতে।
করেদা মানা নংগী ঙইরবা
আ—পোংমু 'হুতদি—হাঁ—হাঁ

১বা—বংনা কৈজন্নকইবা
কদোমদগী মকৈ.না ?
ঐনা হাঙ্গৈরিসি কনানো
নংবু খংজরবরা ?
৩বা—ঐবু খূলান মচাযা ?
করি হাঙৈনা খংলোই
হোংনেমনুঙ্ব মরানরাই
লৈরাং নাইতোম শাংলিবী
কোম্নু কোলোয় লৈরাং অহেনবী
১বা—ফুমিন লৈয়ু—
য়াওয়া চখোম চাওগনু
নচিন নরৈ করুরা
ফাগি মত্তা চাজবা
চাইরুং ভেক্কে খোরাংমু।
৩বা—ই—ই ( চাইরুং পাইনা হন্দোকপা )
১বা — ইবাই লোক্তাক পাংলম্মো।
নশেন রাংলেন পুংখাইমুক্তং
খোজাপ্‌ নাবৈ ফুংহরহৌগে।
( য়ুমা এংঙ্গুনা নৈ )
২বা—অতো।
নংসি চোপ্প মত্তা চাদেদা
ফুমিং খা হইনা চারোই

লাও সোয়শং পাংলসি
ইমুং থৈনা শানদৌরে
য়োয়ময়ায় মঙান ফাওরক্লে।

তবা—হা—হা কনতুম বোকচনিংই
মসিনা শাওজ শাদিসে
তাধন্ কনা মা—নো ?
মথোঈসিগুম্সিনা
চমুশিংনা থোইনরে।
ঐগুম শাক্তা ওইরদি— ( পোংবা )
কেপে মোইরাং শানৌ রাংতে
অমা নক্সে অমা
চনাং থনাংনরবা লমদমসিদ।
তাধন্ চৎসিদা—

পাওজেন তনবা—হায় হায়
লমহেন তনবা কনা কনানো ?
হেদৌ হয়াও ফাবরা ?
অগুম কোলোয় খৌজাদ—
তনবা নথৌ শাংওইনা
লোক্তাক সোয়শং পাংখরা ?
মনা তাঙ্গা ? তাক্রসু তাও—
ওসি বোংলেন :নাংজাদা
মোইরাং লোংবান লুরাং

কো নেমগ্নব মেমাংলোই
লৈমরোল লুচিংবী
মাইখিংকোম্ লাংডোনবী
মথোইনৌ মক্তাৱোই লোয়ননা
ভারম লোক্তাক মরুথোন
ইনফু মালং তান
হুজেন তাইথপ লাক
লেমলৈ ভামি ভানগনি।
ভনবা কনা চংফরোই
লোক্তাক নাচুম থৈফরোই
অকারন লুথুম নকরোই
অশুম মাওরা অচেৎপা
কোলোয় পাও থহইদ
অকন চৈরাক ফংজনি
কেগে খংব খংজহৌ
মোইরাং তাদ তাজফৌ।

( চংখি )

( নোংভাম্রে )

ওবা— তাথন! ভনবা মতিক এংনিংভাই ওইয়ে!
মুংলি ছিরি ভংপা তারব্রা?
পাম্মু পরৈ হনমিংভাই ওইব্রা?

১বা— করেম কথাইনবু—ন'ভোম্দ হেক তাইননি।

———

**Light off**

৫শুবা উংপা

# “লোক্তাক”

কোম্বু, পোংম্বু অমম্বুং খোইনৌ মতাশিং ইন চিংবা।

কোম্বুনা লমদম অচু কোয়েং য়েংউবদগী হুংওন্দুনা —

লমম্বুংসি ’সি উবদা
পাম্মা খোম্জেং হুংজেংনা,
অহোঙ্গৈনন্থম হুংওম্লে—
খোম্লেন মংলান লমদমগ
তাঙ্গৈবং ফাওনা খোংদাজ,
মানজ হায়মন্থম কৌজগে
হুজা শরি পন্দোম্লোম,
পাম্ম নংবু খিজবা
হুংশি নংবু য়োংজবা
মংগ্রেমম্মুনা মাংজ্রা ?
খয়ুম লায়বু ওইবমা ?
নমু তাঙ্গৈবং মীনিম্নু থংদবে।
ননাও পাম্মা হুংবংলে।
মংলান মানজ কনানো ?
হুংবানা ঙৈশৈ তপনা তপনা :—
মংলান মানজ কনানো ?
হুংশিহনবনা মাংওঙ্গৈবা

শকথংহনবনা ভুংওঈবা
মুক্তা লমহেন খোদাবা
অপাম-মুংশি থংদবা
খমুম তাঈবং য়াওবরা ?
ওসি কৌবা নোংজাদ
ননাও কোলোয় খোজাদ
চেংলৌ শক্তম উহন্দ
য়াইবী থরাই মাংবদ
মুংশি পেম্নিংতাই ওঈবদ
নিং থুংব শকচপে নিংতোন্দ ।।

পোংম—হাইমা শুকচরেদা—
হন্দেদা করিনো—হয় অমুক
খোম্নেন মংতানবিরবো
তাঈবং কাওনা মংগ্রেস্থীরে ।
তাঈবংলেন্দ কংদ্রপা
লাইরমলেন্দ থিগেরা ?
হো—মংলান মানক্ত ! নংনা থিং কুথিরোবা ( খুরমই )

মতা ময়াম—অ—হা—হা—হা
ঈশৈ
হা—ইখোইনৌ ইতা শক'নৌবী,
শিজেল লক্তশী অহেনবী,
কেপা কে নৌপা নৌ খোকপনবা য়াদবী

হুংশি মৈশা লাংতুনা
লৈরাং তুকতক মনবরা ?
নিংজ লাইজ খিকপনা
অহোইনা লৈকা কনজরো।
ও—খোইদাবা খোইমু মক্তংলাং—
হা—হা—হা

পোংমু—খিং দিনা হাইবিরম্মু
ইকাইবা রাংমা লানখরে
লম খোকএনা করিনো।

শাবী ১বা—( পোংমুদা ) ইতরোই।
হুজা পুক্লিং হনিংঙাই
লাইবক ফবা তম্‌তুবু কনানো ?

শাবী ২বা— (পোংমুদা) কোলোয় মিংথৈবু করি
কৌবগে ?
লমদম কৈদবু লৈবনো ?

পোংমু—নখোইনা হেন্না ওকচরে—
নখোই কমা কনা খংলাকপা য়াওবরা ?

মভা ময়াম—হৈয়া—(ময়াম অমগা ২-নোম্নি ২ এরৈ)
কোমু—পোংমু—(.কং তৌনা চংখোকই)
শাবী ১বা—ইখোইনৌ চায়বী।
কো.লোয় নপাও শেংঊপবা

মথংলেন থাইদাবা কনাগী
নিঙোল পায়বা খোংয়রাংমা
ওম্মুদনা ইত্তা ।

পোংয়ু — থংজনেদা —
পাওদমনিংঙাই ওইজবা
মাইবী চোইজং মরাকুম
খোমলেন মাগী মংলানচা
তাইবং কাওনা মিকপত্রে ।

শাবী ২বা— অতুগী ওইরে —
কন দা — হা নোকচনিংই
মংলান্দ সি য়ৌনিঙাই
অঙাও পায়মা— চোইব রা ।
লাওদ ইত্তা ! লেমলৈ লংন রা ।

পোংয়ু – মানি খুদিং শিংগুম য়াম্বশল্লক
শোয়দে ও'ওবা — হন্নেমে বরি মতৌনেগে ।

কোম্বু — খিদ চিনখিবী'শিদে —
লাওন হে —
য়াকচৈ চিঙুম হোল
লোক্তাক ঈরাই পাং
লেমচৈ তাবি থেম্মুসি ।

পোংয়ু — লাইজ ঈচাও ঈয়াইদ
হৌবিরক্লবদি মাংলোনো —

কোম্ব— নং— এংউকো নং।

পোংম্ব—এংঙরোই চংচরে

লৈয়াংনা হা— হা

কোম্ব— হাঁ—অরাই অথুম্বকম্ব হৈদা—

ভুংজেং থক্ত কোম্ব, পোংম্ব ইন চিং

লোক্তাক ঈয়াই পাংলক্রে।

থংহৌদনা মুংশিং কম্না শিংলক্রে।

খোঙৈনৌ মত্তারোইশিং লৈকম থংদনা চৎনখ্রে।

হিম্বংদ কোম্ব ১ম্বং পোংম্ব লৈকম থংখ্রে।

হজেন তাইখপ তংলে—মুংশিং লেপখ্র।

কোম্ব—পোংম্ব! হজেন তাইখপ তংখ্রে—

অকন মালংনা হুমহুনা

হুজাগী নিংজ থিংবিবা

কম্লক খুরৌ চনখিবা

খোঙৈনৌ নংবু হাঙৈহুনে

করি খৌয়াংসি হাঙৈবগে ?

পোংম্ব—ইবেম্মা! করি কোলোয় পাওখুমসিগে ?

শানৌনা হিংনিংঙাই ওইদবা

তনবা মখৌদাং ওইবা।

কনা তনবম্ব কংলয়োই

খৌয়াংনিংঙাই থংজখ্রে।

কোম্ব—পম্নৌ পাওজেনমক কিবনা

লোক্তাক নাচুম মৈব।
লুথুম মথৌ ওইবা
নিত্তি মসিগী থাদোক্ল
হন্নু কাও তাত্রবরা ?
খিৎ এংউনে নংবু।
পোংম্‌—( কোয়েং এংদুনা )
এংবগী সি মঙাইরে
কনাবু লমহেন্ন্ য়াওগবা।
কোম্নু—( কোয়েং এংলম্বদগী য়াম্না হরাওনা )
পোংম্নু নংবু এংউনহে
উত্রা হাঙৈমি নংবো ?
পোংম্নু—উদে হাঙৈরি মকুদা
উদ য়াদে হাঙৈরিত্রও ?
কোম্নু—নংদি উররোই
লৈত্তেং কঙৈনবা নম্বিংনে।
অা অথাপ্পদ থাম্বি মৈথুরা
লৈচিনলনে—নত্তেদা—
থাম্বি মৈথু থারিসি উত্রা ?
( পোংদুনা কোম্নুদা মুংশিনা এংদুনা
মোম্মি নোম্মি ভৌদুনা লৈ। কোম্নুনা পোংম্নুদা
এংলক্নুনা )
মানিনহে অচানবী ! নত্রনে ?

পোংম্ব—কদাঙ্গীনো ?

কোম্ব—( পোংম্বনা এংদনা লৈরম্ব উহুনা শাওনা )

নমিত্তুদ খুদোনবিনা থিল্লুরা

এংউ চংলু খাম্বি মৈখু খুরিবা

অরবা কনা লৈবগে ।

পোংম্ব—ইবেম্মদি ?

কোম্ব—ওহাক্ত এংউকাও ওমত্রবও

ঐ য়াওত্রবদি য়াদবরা ?

পোংম্ব—হা হা য়ো নোকথোক্তে ।

কোম্ব—অডাওবীসিদে ।

পোংম্ব—ঐনা ডাওয়ে ইবেম্মা ?

লাইজ ঈশিং থক্

য়াকয়ৈ হিম্ব অমত্তা

ইপু ইনাই করম্ব

তোংঙান তোংঙান চংনানি ?

কোপ্ত—ও—য়াকয়ৈ খরা হোৎলু

কৌহুনা হংসি

তরবা কনা লৈবগে ?

পোংম্ব—( হি খর হোৎলগা মাইকৈ ওম্বন )

সূরনা :—

হো—খাম্বি মৈবু হৌরিবা

অমবা নংবু কনানো ?

কোম্‌—( মকোক্তা ফুরগা লৈথোক্লুনা )

সোমদা উরব্রা ?

পোংম্‌—লৈরবরনে ?

কোম্‌—চিনথিবী। শকথিবী!

তথক্পী!

খুম্বদি তৎপা লৈতে।

তানবা কৌনহে!

পোংম্‌—তাবিনবব্‌ লৈরব্রা ?

কোম্‌—মসিদ নংগী তাংনবা তমজরোই!

তনবগী লৈত্রা হংউনে।

পোংম্‌—( উদুনা ) লৈরে ইবেম্মা! উজরে—

কোম্‌—হজেন তাইথপ্‌ খরা লাকপিম্ব হাইগ্‌।

পোংম্‌—কনাদনো হাঙদৌসিবো ?

থাম্বি মৈথুম মউরি

তনবা কনা লৈ লাকপা

তহাক্কদি হংজখিগে।

কোম্‌—হোইনে হোইনে স্নাগুম্বী।

ইবেম্মনা সোয়দনবা খৌরাংবিয়ো।

পোংম্‌—সূরনা:—

হো থাম্বি মৈমু হৌরিবা

তনবা নংবু কনানো

নমু তাঙ্গৈবং লৈদ্রুংবরা ?

খোয়ুম লায়বু ওইবরা ?
তাদে—লৈতে ইবেম্মা !
কোম্বু—করি লৈরোই
খাদি মৈথু খুরিসিবু ।
( এংই )
পোংম্বু—ইবেম্মম্বু মউবিরি, মতাবিরি
কনা পাওখুমবিরক্কে,
ঐনা খুম্মকম্বু হাঙিজবদি নত্তেদনা ।
লৈরদি মখুম্মকনি ।
উম্—হোঙদ লৈরম্বু খুম্মকলরোই,
অতম্ব পাওজেল কিবনা,
কেপে মচা কনানা
মোইরাং মচা কনানবু
চেংলৌ শকতম্ উৎলনি ।
অহুমকপু ইবেম্মা !
ত্রুংশি য়াওরা খোন্‌কম্‌না
হয়া কৌহুনা এংবিম্ব
তনবা লৈরবা খোঙ্গবা
মত্তিক নত্তে পাওখুমদবা ।
কোম্বু মুরা এংলম্বদগী থংহোদনা
স্নুরনা :—

ঈশৈ

হা ফুগৌ য়াংবী কাইনথক
খাম্বি নৈথু কাহনবা
ভনবা নংবু কনানো
নিঙোম লেমলৈ মক্তবু তানবদা
হুজেনগী তাইথপ্ তংথয়ে
ভম্বা 'মুক্তমি পুনবিয়ুপবা।

পোংম্ব—নৈতেপা—

কোম্ব—খাম্বি নৈবু হৌরিবা
নমু তাঙ্গৈবং নৈবরা ?
থয়ুম লায়বু ভইবয়া ?
নিঙোল কোলোয় খৌজাদা
তানা তানা পাওথুমদবরা ?
মুজা য়াইবী থয়াই মাংবদা
ভনবা নথরুক ওঙ্গৈবনি
য়ারা কোলোয় শেংবিহৌ।

হাওবা—( সোয়থংম্বংদগী ) স্বরনা :—
হা নামু তাঙ্গৈবং কনানো ?
য়ারৌ কৈদা পাংলিবা ?

কোম্ব—পোংম্ব!
পোংম্ব—ইবেম্মা।
কোম্ব—নংবু তাবয়ানহে ?

পোংম্বু—ইবেম্মদি তাত্রাও ?

কোম্বু—মান্না খোনকম সিবুনহে—

পোংম্বু—তনবা কোলোম মাবানি

চিংগু লাননা কুবিসমুকো ।

কোম্বু- তুমিন নৈমু । তাসিনহে—

হাওবা—( সোয়মুংদগী সূরনা মথং )

হা ওমা মানবী নখোক্লেম

খমুন নৈমরোল মারারা ?

লমজাদ কোলোম পাওশমবরা ?

লায়বক থিবা লমজাদি

তৌবী অমনা মুস্বী ওই

তৌবী অমনা খাংডেন ওই

অমুক শংনা শাবা মুম

মুদাং তৌনা কেম্বা মুন

লাইমা মোংবা ইরামমাই

চরৈ ফিবু নৈজদা

নমু তাইবংলক্ত ডিন্দনা

লমজা নাইডোম নৈজবা

কলক ইশৌ লাংবরা

লমজা থরাই লৌগেমা ?

কোম্বু—অচানবী !

পোংম্বু—ইবেম্মা ।

কোম্ব—মুংশিবী নংবু ভারেদনা ?

পোংম্ব—ঐ কাওবা থংমুং মুংশিবিরকপা,

হৌনশানে হৌনশানে—

কোম্ব—অচানবী নংবুনহে—

পোংম্ব—চানবীও, চানবীও,

চাম্ব হিরি চিংবিরো ।

কোম্ব—অচানবী ! ভিংভিগুম মুংওল

করাগুম মীপুক্ষু—মুংশিদ্রাক্ত ?

নংবু থিক্ত থুমনৌ পায়থংলো।

বাকৈম হি হিমাই লৈশম্ব ।

( কী লৌথোক্লুনা )

চরৈ কী পিষ্কুনা তনবা মাগী

চোংলৌ শকতম এংঙসি হাইমি ।

পোংম্ব—খোংহৌবু থিম্ববনে মানম্ব য়ায়া লোইজিনৈ

তাম্বহিগুম হোন, মুংশি খোঙ্গুল লিমিংতাইনে

মংলান মানজবা তাঙ্গবং কাওবা কুথিবা ওইরসনো হা ।।

কোম্ব—চিনকেন ফবী ! বাকৈম হিক্কুম হোম্বুনহে—

পোংম্ব—ঈশৈশনা :—

তিংতিনা তিংঙ, তিংঙ খোম্বুব

মংলান মুংশি খোম্বাংনা

মুজাদ তিং শোম্ব মুংওক্সে ।

করানা ক্রা ক্রা মক্তবু খোঙ্গুব

মানজ পান্মু ম্নাবানা
পায়মা পুক্লিং হুথয়ে
হুয়ান কানিংঙাই ওইরবোইদো ইবেম্মা।
( হি হোজনথে। মঙা মরাম এংনা এংনা
মরি মরি চংলকই।)

শাবী ১বা—ইভা! মপু মনাইহুব্ ভুংওইনা
মোংবা মন্নানয়াই পাংগ্রব্রা?

শাবী ২বা—খংদেদা ইখোইনৌ।
ঙসি নোংলেন মতৌসে
লেমলৈসু নিংথি কাঙমদ
কদোমদগী অঙাও মালংবো—

শাবী ১বা—( কিংনা ) ইভা! আ-ভু—

শাবী ২বা—কৈনো ইভা!

শাবী ১বা—আ—উরেনহে ইভা।

শাবী ২বা—কৈনো নদোম ঐসু খিৎ উগেবা?

শাবী ১বা—( মথুৎ খিম্না ) এংউ আ—ভাবদ
লুকাই হিদি খোজাওনা
লাইজ ঈপোম ইথংঈনা
কাঈদা কাঈদা পাংলকপা
মপু মনাই সোঈকরোই।

শাবী ২বা—ওহাক পুজোই ভাঈনিংঙাইনি

হঙ্জেন তাইখপ তম্না লাক
হম্না ঙাম্নি খেমখিগে।

শাবী ১বা—মনাই পোংম্ব ঙৈবতাই
খুৎলাং চেৎনা নৌবু পাম্ন
লাইজ ঈপোম ইখাঙ্গৈনা
অহোইমা ইখোই পি
ম্নোয়মম্নাই মঙাল মৈবদা
তগুপ্‌ তম্নেং ইরিক্ক
নোংমদোল খম্নানমিচাক্কুম
কোম্ব চেংলো থাজব
চাম্ন চেৎনা খোগনজ
লম্মূরনি মতাঙুম্‌
কাইদ কাইদ

শাবী ২বা—কদাই ?

শাবী ১বা – ( খুদোনবী খিন্দুনা ) তু—

( মম্নাম এংবা )

শাবী ২বা—আদ—সোম্নবুং নাক্তগীসিম্ন ?

শাবী ১বা—উম – মানি
ম্নাকম্নৈ হি খাংখিবা,
ম্নাংলেন মিকুপ মুক্তা ঙাইম্নি।

( মম্নাম এঃই )

কনা কনা লৈম্নুংখম্না ?

শাবী ২বা—নৈবা ভাধ কোলোয় পাওমেম্নবগুম—

শাবী ১ বা—ইতা ! উদ্রা ?

শাবী ২বা—উইনে ইতা।

শাবী ১বা—চরৈ ফী নজ্রনে ?

শাবী ২বা—ওঙ্গৈরমাল্লেনে ইতা !

তজিক তনজিনথিবহুরা ?

শবী ১বা—উম—( ময়াম এংই )

( শাবী ময়াম চপ মান্নরা অমদা হংই )

তনবনিনহে—কারিগীনো ইতা ?

হা—হা—হা—হা

ময়াম— মান্নকরেদা—

হা—হা—হা—হা

ময়াম— চিংঙু লায় তোংঙেকো—

হা—হা—হা—হা

ময়াম— কৈ—নো—হা—মি ?

হা—হা—হা—হা

( ময়াম ফরপ ফরপ মপুক নমহুনা মোকথি। )

শাবী ২বা—ইস—কনাগুয়না. উরদি

অভাও লায় চুরে হাইবা মোইদে

ইতা ! লাওনে এংউনহে—

ময়াম— কদোরবগে ? ( ময়াম এংই )

শাবী ২বা—কনা তনবনো হাইমি ?

হিথক—

শাবী ১বা—হোইনে কনানোনে ?
শাবী ২বা—কনা ওইবা হৌনবা
        নুজা মাগী খোয়দাবা
        পায়মা পুংদ লোৎচবা
        সুজা হায়ন শিংনব
        মথংলেম মানজনিদনা ।
শাবী ১বা—শিংথৈজদা শরিসো
        মপন্থৌ পাওজেনহন্দুনা
        ওনবা কনা খোংদাদ
        নিঙোন মনিং ওথজবা—
শাবী ২বা—চুংঙাঙ্গীবিয়েদা শরিসো !
        নংনা থাজবিয়োনে—
        লমহেন কনা য়াওহুনা
        অকন চৈরাক পিনবা
        লৈময়োল লুচিংবী মনিংতম্
        ফাম্বিংঙাইই ওইদবরা ?
শাবী ১বা—হোঙ্গৈদা ইতা !
        মীনাই মানবা অঙাওবা
        শকওং 'সিবু সুজানা
        পাম্মু মুংশি মংতমনি ।
        কেপে মচা লমকেৎপ
        মোইরাং মচা লমচৈনব

অরুম চৈয়াক পিসল্লু ।

শাবী ২বা—কায়দে ইভা !

হিমাই সোমদ পাংলক্লে

লোয় মক্ত এংছুনা

মুজা মতৌ থংদোকসি ।

( চৎপা )

শাবী ১বা—হা

[ মাইকৈ ওয়না চৎপা ]

কদোমদনো ?

শাবী ২বা—সোমদা—সোমদা

সোমদা—সোমদা

শাবী ১বা—'শা' য়াওদনা পায়রেনা করিনো ?

হল্লকখোলাওও ।

( অনিমক হজিল্লকুনা )

শাবী ২বা—কদৌথিসি হাইগে ?

কদোমদ পাংসিগে ?

শাবী ১বনা মথুং পাঙ্গৈদুনা—

মী 'তৌ উবদ

কলক ইরাংদ ভাওরেনা

মেন তানা মচৎসিদনা

মুজা মাজদেদা—

( হল্লা এংনো ২ তপনা ২ থোকমি )

[ হাওবনা হি হোন পোংম্, কোম্ হিক্ষা পুল্লপ কমম্না তপ্পা তপ্পা চংলকই । ]

কোম্— অচানবী !

মানি হাঙ্গমি নংবো ?

পোংম্— নত্তে কনা হায়ব মাওবগে,

ওস্থোক্লা ইসৌ লাংখে্দা ।

কোম্— ইথোইনৌ চায়বী ! নংদি থাদবা—

করি হায়না কোদোয় পাওমেনসিগে ?

খোমলেন ঐগী মংলাঙ্গা মুংশি কায়নরোল ।

মোমম্ লাঙ্গবক থিবীনা মুজাশিংদ চনবনা—

পোংম্—মংলান চোইজং চুমকাওয়ে

মুমিৎ থা হুইনা চায়োইএ—

ইবুংঙো নংম্ ।

হোল্লিদো মহাইদনা

পংহোন্দ মহোল্লি

য়োরথকা হায়' লৈথিম্রে

হোজনিং ওইনা তৌমদনা ।

[ চি হোনবা লেপলে ]

পোংম্—লোক্তাক চাংজৌ মালেমথক

ইবেম্মা ! থোংদোই জনবিপত্রা ?

[ কোম্ তপনা কানিংদনা হাওবদা হুম্না এং, লেপথং-লকই ]

ঠৈহবা ! লাইজ ইম্বুংদ থোংদাবিগেম্না ?

ইবুংঙো ! ম্না ঙাংদবা ! হি থাংবিম্নবদি চাংজৌ মক্কা মথাংবিম্নোদনা ?

[ হাওবা হোজল্লি কোম্বু হিম্বুংদ চুন কমখি ]

হাওবা—হা—হা – হা

পোংম্বু—কিজরেদা—

[ হাওবা থুনা শকফম হঙ্খিল্লি। ]

লাইজম্বুংদ ইম্নাক্নমিম্নগে থৌম্নাংম্না ?

[ কোম্বুনা পোংম্বুগী মকোক্তা মুই। হি থাংম্বুনা কোম্বু কাখৎলি। পোংম্বুস্থ অনিবু এংলগা ফুংইম্নো কাখৎলি। হাওবা মফম থংদনা লৈরে। ]

পোংম্বু—উক্রিটৈ ঙাংবও শকপও—

মংলান নংগী মুংশিম

থোম্নেন নংগী প্যাম্ফুবা

ম্নাইবী থম্নাই লৌনবা

ম্নারো থোজাপ ম্নানক্রিটৈ

মিস্না মিচি তেজা থোং

কাপচহোম্নো মুংওনবী।

( কোম্বু থমদনা মক নুক্রপ মথোং নোইছম্না লৈ। )

পু-থাং ঙমপোং নক্তে—

ঙাংনিংএ কবোক পোকৃম্বী !

চংনিংএ মালং মাংওইবী

লেংনিংত্রে থৌম্ব হুংগুম্বী ।

পম্থো কোলোয় থৌজাদে হায়না

নিতোল মোংবা নরানয়াই

খুদেং তুবুনলাক্ল পুসিরা ?

( কোম্ব হায়দৌনা লৈ )

হাওবা—( কিনা )

করি হায়না কৌজনি ?

শানৌ হায়না পাওহৌজগে

হঙ্গেন তাইথপ তংলে

সুজা য়ারা তাকপিবা

পুনজরগে লমজানা ?

পোংম্ব—করি পাওখুমসিগে—

মংলেন মানজ হায়নহুম খুমদোকে

হজেন তাইথপ পুনবাদ লায়রিএ

সুজা থম্মোই পুয়বহুন লাক্লখিসি ।

পোংম্ব—হৈমা—( কেং তৌনা চৎলি )

পোংম্ব—ইবেম্মা—( ইয়খিবা, ময়ায়া থৎতুনা । হাওবা ১ দা অমুক ১দা অমুক তক্লা য়োই )

শাবী—কদৌরে ইতা ।

কোম্ব—ইতা ! পোংম্বসি মতা অমা তৌরে হাইমি ।

শাবী—কদৌরগেনে পোংম্ব ?

পোংম্—নখোইবু কৈদৌরিগে
লোক্তাক লাইজ থক
রাকয়ৈ-হি মহুৎদা
চিঙু লায়ণ্ডম ফমদোংইবা
কুবিবা ওম্বা থয়ুমনি
য়াংলেন মিকুপ মরুমদং
লায়নিং পবৈ চেৎচহৌ ।
( মতা ময়াম চংশিন্দুনা এংলগা )
শাবী—এঃ নপু ননাইদি
লেমলৈ চাওনা ফায়েদা ?
ময়াম—অ—হা—হা—হা
শাবী ১বা—লমদম কৈদৗ কারকপা
লমহেন তনবনো ?
অওম পাওজেন তাদয়া ?
লোক্তাক্তা কনা খোংত্রাম্রে
তনবা নংবু থাগ্রা ?
ওসি নোংলেন মোংজাদ
অন্নম চৈরাক পিবদ
মায়োক য়ানিংতাই ওইনিকো ?
( কিছুনা হাওবা হি হোন্দোকখি । )
পোংম্ পোংম্ । নবেন্দ্রী লেমলৈ ওামি চেনখোহে ।
ময়াম—অ—হা—হা—হা—হা

কোম্ব—পোংম্ন ! ( নিংবা কাঞ্জনা চৎশ্রে )

পোংম্ন—ইবেম্মা ! ( হম্না ২ য়েংহুনা তুং ইনথি )

মতা ময়ামম্ব অমগা অমগা এংনা. নোক্লা হাওবদা অমুক এং, কোম্বদা অমুক এং, লক্লসি মতাগুম মথং মথং ইম্নশ্রে । হাওবম্ব হম্না হম্না এংহুনা ছি হোক্লবদগী ময়াম মথং মথং চৎথিবা উবদা, থংহৌদনা ছি হোনবা লেপতুনা—হাম্নগী মকমদা, তপনা তপনা মিৎকম হোংদনা এং, ছি হোঞ্জিল্লকই—ছিথক্ত লেপত্নুনা মিৎকম হোংদনা এংই । মতা ময়ামনা হম্না এ'লকপদা থংকম কমথৈ । লোম্না হয়ান্দুনা এংই—অমুক কমথৈ—এংই—উত্রে—এ'না এংনা থোংনা পুন্থনা কংকান্দ য়ৌশ্রে । মিৎতনা কোইথি থিরগা—

মুংবংনা—

হাওবা—থোম্বম লাইনিম্ব থংত্রে
নমু তাইবংনিম্ব উত্রি
শানৌ মাগী মশু:লাং
লমঞ্জা পাম্বমা মুংওলহল
লমমুংশি 'দ লৈহৌরে—
মুংশি চেংলৌ অহেনবী
উম' মাইকৈদ তিনথরে—

( পোংম্ন, নোকমি নোকমি, থোম্বকপা, হাওবনা থংত্ত উবদা থংনা কিনা চেন্দুনা হিদ লৈবা । )

পোংম্ন—(মুংশিনা) কিগনো—

সমু নাক্ত চংলকউগবা,
ওহাক পুজোই পাওমেয়খিসি।
চেংলো শক্তমম্ অমুক্ত উজখিত্রি
কোলোয় মিংথৈম্ খংজত্রি
ভনমা পায়মা খোয়য়াজম্
লমদম কৈদমা লৈবনো ?
কোলোয় মিংথৈ শেংনসিগবা ?
হাওবা—(কল্লপ) শানৌ নখোইহুম কনানো।
খয়ুম লায়বু ওঠিবয়া
নমু ভাইবংমীনিম্ খংদয়ে।
পোংম্—হা—হা—
পায়মা কিশি কিগম্
মুংশি নংগী দমক্ত
পামূ নংগী নফমদ
নিঙোনগী য়াইবী থরাই কংথয়ে।
হাওবা—(শাওনা)—কোলোয় পাওশায়রম্
লমজা ইত্তৌ উবদা
অন্তাও চোক্লংগুম থনগম্।
পোংম্—(য়ানা) নিঙোনগী মংলান মানজও!
করি হায়না পাওহনসিগে
লৈময়োল লুচিং' শকহেনবী
তুয়াচা অতৈগুম শিংথাম্

মানজ নংগী নঙংলাং
মুজা শরি পন্দোম লোম
মাইবী থরাই কৎপদা
পুশিগী লোয়নবী ওইনা
কুবিনিংঙাই ওইজরবরা ?

হাওবা—(কাথংনা) শানৌ নপাও শেংউবা ?
হায়নিংঙনা তুংওইনা
হায়রোইদঙনা মাংওইনা
লমজা পায়মা মুংবংহল ?
ইতিক ইপা ওইদ্রবা
খোমলেন মংলায়রোইদবা
কোলোয় নপাও শেংউবা ?

পোংমু—(মুঙাইনা) অপাম মুংশি কাদ
মং-ভাইবং খায়রমু
শিঙেল লঙ্কগী অহেনবী
নাপদ পাক্ থেৎচহৌ
কেপেদ খোইমু য়ামই
মোইরাংদ খোইমু য়াংজে।

হাওবা—শানৌ নংগী চায়বী
শিঙেলক্কগী অহেনবী
কোলোয় মিংথৈদি ?

পোংমু—খোংগাপ ভানশয়কইদা

তানশগ্নিংঙাই ওই
তানশগ্নিংঙাই ওই—
মোইরাং নোংবান লুরাং
হোংনেমপুম্ব মমোমলোই
অওম্বা মরানয়াইদ
লৈরাং নায়তোম শাংপী
শিল্লেল মাইথিংকোম্ব
লাঙতোনবী কৌজৈর ॥

হাওবা মতুচুংনা }
লুংঙাইনা } —মাইথিংকোম্ব লাঙতোনবী !

পোংম্ব—উম উম—লেংদ লৈপুম ওইনিংঙাই
কোলোম্ব মিংথৈ খোম্বদাবী !—
আ— ঐখোয়রোমগী শেংজরে—
পায়ম কিশি কিনদ
চিংঙু লাই ম্নেংবনা
মারা কোলোই শেংবীরো ?

হাওনা }
লুংঙাইভনা মানা } —লমজানা করয়া পাওমেনসিগে শানৌও !

ভাইবংলেন্দ কনা উদ
ঐগী কনাম্ব লৈজন
লোক্তাক ইরেনপুং'সিদ
মাইকৈমা চরৈ কিজেংনা

মালংনা ইয়োই ইনাও ওই
নমু তাইবংলক তিনওমদ
লমজা ইদোম—[পিয়াং চেনবা]
ওসি নোংলেন নোংজাদ
খোমলেম মংলানওম
লমজা খুজেং পাল্লোইনা
নমু তাইবংলকা চিংথিবা
চিঞু কয়গ্বগী খোইননো ?
[ তুমিন লৈখিবা ]

পোংস্থ মুয়া
য়েংলম্বদগী } —ইহে—সিমস্থ কৈয়েংনপ্রেমা

খোমলেন মংদানয়স্থ
তাইবংলেন কাওনয়ো
স্থং'নি ময়ক্ত হা ওঈ ওমজত্রে
কোলোয় মিংথৈ লেংথিয়ো
শারি পন্দোম লোমনয়ো।

হাওবা—শানৌ নংনদি খংদবা
লমজা লাইবক থিবনু
কয়েম্নবা নজনা কনানা—

পোংস্থ—হোয়নে—থিং—খংলেনে
শাগুয়নো জেনখনলে
মিংথৈ হাইয়—?

হাওবা } —খোয়োল হাওবা—
নোকমি ২

পোংম্থ—খোয়োল হাওবা !—
পলেম পম্থৌদি ?

হাওবা } —পলেম পম্থৌ—
শকথম হজন্না

পোংম্থ—ইস—বাবিদ শরিসো।
কায়দে, শরি নাম্থুংউ!

হাওবা— নিংতোল পুক্নিং শেংলবা
চুংশি মাগী মকমদা
লমজা মাইবী থরাই শিমরে
চিংগু থাংজিংনা থংবিহৌ ॥

পোংম্থ } —চিংগু লায়না কুবিরে—
মুরনা

মংলান মাজনম্থ কুবিরে—
লেংদ লৈপুন ওঙ্গৈনরে ॥

( থেকনা লৈনা অগোইশানা চংশিনবা, শানৌ ময়ামদা নোক্তুনা কোম্থবু ইনবোই থাংবোই পুথোরকপা হাওবা ইকাঙ্গৈনা হিদা কাথি। )

শাবী ১বা } —[হাওববু মথুং থংহুনা কৌরগা ]
য়ায়া কেনা

শিতেল লক্পী অহেনবী

লৈরাং লক্ষ্মী অখোইবী
নাপদ চেৎনা খেৎচরো ।

ময়াম—অ—হা—হা—হা—

শাবী ১বা }
য়াম্না নৌনা } —তনব নখোদাং ভুংওইনা

সমু মাই ওল্লগে ঙিংবরা
লৈরাং শাজবা ঙমজরোইএ ।

ময়াম—অ—হা—হা—হা

[হাওবা তপনা ২ হি হোন্দোকই°]

শাবী ২বা— তনব নংবু মহম্রবোই
কঙ্গি মদৌ কৌবগে
ননাও পুক্লিং খংত্রবোই ।

ময়াম—অ—হা—হা—হা—

হাওবা—[ হি হোয়া ২ সূরদা—হয়া হয়া
এংহ্না—
হা—য়ারৌগমু শানৌখোই !
খংজদ পাংজদ লমজানি
ইভিক ইপা ওইজদে
কেগে লমদম পাংবরো
খোইয়াং লম্লেন ওনবিরো
মভিক চাবা থিরুরো
মপা চাবা তাম্নুরো ।

লাইবক থিবা লমজানা

নমু তাইবংলক্তা ভিঙবা

চমত্রিক্তৈগী মমুংদ

পাম্রমমুংদ চেৎন কোন

হুংশি মাবু নিংজবা

হম্মক লাংঙোল ফংত্রবা

মথং লাংঙোলদ থুংজবা

চিংঙ্ লাইনা কুবিসম্ম ।

[ চৎত্রে ]

[ ময়াম্মা নোম্মি ২ তাহনা + এংহনা লৈরমই । কোম্মুদি রাবনা কপনা ২ + ডপনা ২ চৎথিহনা ঔশিং য়ৌনা মিৎকম হোংদনা কুমথত্রে । ময়াম্মা চেনশম্মনা ফারগা — ]

পোংম্ম — ফনত্রেদ হুংশি হিরি ! লোক্তাক লাইজ মুংদ —

শিনি কিত্রেনা করিবো ?

তাইবংলেম্ম ফংদ,

লায়রমলেম্ম থুংনগেরাও ?

ময়াম থুবাক থুনা — আ — হা — হা — হা

**First Screen.**

---

১বা

# "মাঙ্গোল"

হোংনেমগুম্ব নিংখিবা কিজোন্দা হিদাক
থক্তুনা· লৈ।
কোম্ব পাংয়োং শাহুনা লৈ ॥
পোংম্ব লংচাক্ চাক্তুনা লৈ ॥

হোংনেম—ইচাশা—ভারিত্রা মখোইবো ?
[ লেম্বী পানা পুহুনা খোরকই।
থমই—হোংনেম চায়। ]
পোংম্বদি—?

লেম্বী—চরৈ কিয়া করিবো পংয়োমদ য়োমহৌই।
মবেম্মপী মকি লোঈশল্লিমাজে।
[ চংখি ]

হোংনেম—পোংম্ব।

পোংম্ব মন্নুংদা—অপোকপা।

হোংনেম—লাও:ইপা চৎলগে।—অয়ুম!
ইদাইয়েমশিংন্নুমা কারক্লব্রা?

মন্নুংদা—ইওঙো অঙম!
[ পোংম্ব খোরক্তুনা ]

পোংম্ব—অপোকপা নয়োমদা করি ভাকপিগদবা?

হোংনেম—লে—লে—ইপানা

চিংগু থাংজিং শয়েনচনবগী
মায়ৌ শাখোং লিঙ্খিটৈগে,
নপু ননাই লৈকাই পনবাল
মাংব লান্নমগন্নুকো ইচাশা !
নবেন্দ্রসে ইহৈ হৈনিংনো উদে ।
লাংলেন হন ! নংবু নশা ভমত্রা ?
মুংঙাইনা পোথাহনা লৈয়ু ইচাশিদি ।
মমাঙোন । ভাবিত্রা ?
[ লেখী খোয়কই, ঈশিং পুন ১ থমলৈ ]
মযোম লাঙভোমবীসে,
খ্বিংলাং মাংমা লান্ন থনমগন্নকো ।
[ মচাগী মন্নাইবক পাইহনা ]
লাংলেন ! ইযোমগী
মুংশি ম্নাম্না তাদনা
মায়ৌ শাখি পাংঙমজে
করি তৌরগে ইবেন্দ্রা ?
কোম্ন মোম্বিনা—নযোন কৈন্থ তৌদে
চৱৈ লোইগে খৌম্নাংঙবদি ।
হোংনেম—হোইনে, ইযোম কৈন্থ তৌদেনে ।
[ তা পারহনা ]
ভমুন ! ইদাইবেন খোংলোমপুম্বা খৌমাং লোইব্রো, মায়ৌ শাখি
পাংলসি ।

মম্বুংদ— হায় হায় তনবশা ! নংগী নংগী খৌরাং লোইরো। ইঙতো অঙথা খোংদোরহুম্মক্রে।

[ হোংনেম সোর এংহুনা চৎথ্রে, মরাম মুম্বা এংহৌই। ]

লেম্বী— হিদাকপু লোয়শন্নুনা।— পোংম্বু—

পোংম্বু—পলেম অপোকপী !

লেম্বী— নপু নমাইবু তরাচাক চাথোকখোলাও।

[ লেম্বী চংথ্রে ]

পোংম্বু—অপোকপী !

কোম্বু—অচানবী ! চরৈ কি য়োমলব্রা ?

পোংম্বু—লোয়জরে, পুরকওরা ?

কোম্বু—চরৈ সিম্বু কক্‌থিংস। নং লং শমউ ঐ থুনা শাগে।

পোংম্বু—হোইনে—হোইনে কনাগী অরৈবা চরৈদ নত্তুমা লং কাওবা পুরসে।

[ লং শমই ]

কোম্বু স্তুরনা কি শানা শানা :—

হা—হা হা—হা হা—হা

চিংবুরোই চম্বু শকহেনবী !

লোঙৈবী চিংমাই ওাকহনবী !

থাটৈ য়োৎলম য়াহিপ্পী

লাঙৈজ থিকলেন চাঙৈহুনা

লোইদাম থাজ মত্তাদ

শিত্তেল মউ ফাত্তুনা

হাওসম ফুংবান কমদোংজ

তম খোংদোর হুরকপী

শিঙেল লক্তগী অহেনবী !
লৈরাং লক্তগী অখোইবী !
ইখোঙৈনৌ মিংথৈ মুংশিবী
শিঙেল লশিং লৈরাংগু !
নিংঙোম্না সিনাই তান্দুনা
মানজ’ চরৈ কক্কফৌ
মুংশি লংলা ময়ুংকা
পা’মু লাংজা মখেল ওই
মুজা সিন্দম পাঙদেম
নিঙোল খুত্ত প ঈহনা
এৎনা কাংলে ওইনা নম
ওঈনা কাংলে এৎনা নম
ঙনা থয়াক ম’য়না
থক্ত অনি থা’ম্বংগে
থাদ অনি থাদরে
এৎনা হুল্লে ওঈনা এক
ওঈনা হুল্লে এৎনা এক
কোয়ান রাদি র শনজেৎ
নিঙোন খুৎনা পাইহনা
চাম্ন তেমথোং পিহনা
অপাম মুংশি চরৈ ফৌ
পামজ মহাকতগীনি দে !

লোল—অচানবী ! কাটি !

পোংম্ব—তরাচাকস্থ চারগুসি

খোমলেন তুমগনস্ত তাল্লম্বুসি

মংলান মানজ মতুংলাংগিনে ॥

( পোংম্ব কাটি লৌবা চৎপদ হাওবা উবদা ফিংনা )

পোংম্ব—হৈবেম্মা !

কোম্ব—কদৌরগে ? ওলাংথরেদা—

পোংম্ব—চরৈ মপু য়ৌরকলে ।

খোংহৌ থিনবনা মপুনা হাওল্লক্লেদো

হৈংলনি—হৈংলনি—

কোম্ব—চৈইদ্রং অঙাওবী ! কাটি পুরকউদি ভাদ্রহুনা ।

( পোংম্বনা কোম্বগী মনাক্তা চংহুনা মথুং থিন্দুনা ভাকপা )

পোংম্ব—কনাগী কাটিনো—

তু—আদগীসে কনানো ?

কোম্ব—( এংহুনা ) হৈমা—অচানবী !

থাজদনা য়ৌরক্লেদা ।

পোংম্ব—( শকক্ম ঙঙ্গন্দুনা ) উম—থাজদ—থাজদ—

কোম্ব মুমা এংলম্বদগী—অচানবী !

সোযদা পাংলক্লেনহে । লাওনেহে মত্তৌ এংসি ।

( পোংম্বগী মথুং চিংহুনা হৈমুং চাহুনা থোং থিংখ্রে । )

হাওবা মফমশিং অহু এংউ এংউবদ মিৎকম হোৎবা ওযদ

ওমদনা ওনা এ'হৈ । "হুই" খোংহুনা চৈ মচা অমা হাঈর

হাঙ্গৈরহনা এংনা এংবা মাঙল কাখৎখিহনা য়োংথমদ থেংই—থাই—হল্লোকই। হায়দোবা য়ুম মিংথিনা এংই। কোন্থ মপানা ফমলম্ব মোয়া থেংনৈ—নমহুনা এংই। ওহাক ফমই। —হৌগৎলি—কনান্থ উমবদা চৎকে মতাওুম হল্লোকই। অমুক চংহনা থোংদ মনানা তাই। থোরকই—ওহাঁক রাখন তোঁই। অশাবা কি এংই—পাই। কোন্থনা ফমলম্বা মফমদ ফমহুনা মখৈগন নিক্তুনা ওহাক হুংতাইনা নৈ ফুক হৌগৎলি মথরাই হুংতাইতে। থুনা থোকখে। তৌরিবা থৌদোক পুয়মক কোন্থ অমদি পোংম্ব মিহৎথোংদা লোয়া এংলমই। পোংম্ব কোন্থ থোক্তুনা—কোন্থনা থোং পাঙ্গৈহনা এংহুনা নৈ। পোংম্বনা মাঙলদা লেপতুনা—

তনব নংবু কনানো ?

হুয় মুক্তা লাকখোবা

অপাম্ব কয়ি নৈবগে

ননিং তম্বা হাঙ্গৈজয়ো

তন—

[ অনি এংহুনা নৈ। হাওবা চংলকই কোন্থ হাওবা হুংশি মিৎএংনা মিৎচানা, পোংম্বনা অনি মতৌদ পেনজরে। ]

পোংম্ব—কনা কনা ওঙ্গৈরবোই

মিৎলাং কারল চম্বুরে

রায়ৌপম্বকো—আ—

কয়িবু মিংখৈগদনো ?

[পরল চংই মোরা ১মা থাহুনা লোমদা—]
[ হাওবা মোরা লৌছুনা থাপলপ্‌
মোরা মাংদ থম্ন পাইছুনা নিজাংনা কবই । ]

লেম্বী মমুংদগী—পোংমু।

পোংমু— অপোকপী ।

লেম্বী মমুংদগী—কণ্ডাওনবী। নপু ননাইবু
তরা চাক্‌কা চাররোইরা ?
[ কোমুনা পোংমুগী মমাকোংদা
লোম্না বা হাই। লেম্বী খোরক্লুনা—

লেম্বী—কনানো তনব'সিদে ?

পোংমু—পলেম অপোকপী !

[ মমাদ হুছুনা এং হাওবদা হাঈজনবনি
মিৎন, মগুরু ডাক্‌ । ]

লমদম কৈদগী লাকপদো
নমোম্‌ খোইমু থংজাত্র
তরা চাকপু চাদবা
মুমিং সিঙ্গুব মাম্মেহাই
চাকনি কিনিবিরিএ
মুংশিদরা অপোকপী ?

লেম্বী—ঐখোইবু মুংশিবিছুনা
তনবসিনা নিবিরম্নিবা ?

পোংমু—পলেম পুককবী ।

কৈরোই কনাদ চংউদা
পলেম পূকক ভাংহুনা
শকথংদবা ফাওবনা
মোংব নমানয়াই থিরকপ
ফুংশিত্রনে পলেমও ?

লেবী—উম্—চিং লায়না উহুনা
নপু ননাই ভরাচাকপু পিজত্রে
ঙসি নোংলেন পাংনবা
এর এম চানরো
খোঙাই মতমসি খেংজল্লক্লে ইচাশা।
[ ইমুং চংখি ]

[ পোংম্বু ম'চিন খুমহুনা নোকই।
হাওবা ইঙক ঙকই।
কোম্বু ফুংঙাইবা ঙমথৈ নৈত্রে। ]

কোম্বু—অচানবী !
পলেমনা চিংনরনি
নবুংঙো'চানবা ভোরো।
[ ইমুং চংখি ]

পোংম্বু—হন্দক মরকসি চানখংলকইদা।
ইবুংঙো ! বাংলেন পুজোইমক্রমদং
ননাও থৌরাংজকথিগে ?
[ ইমুং চংখি ]

হাওবা।
ইপং পংনা
সোমবোই
হাঈবোই

চাকনি ফিনিবা—
—করি মদো কৌবগে তৌরিসিবো
চিকনা ইদোম লৈজবা

খংহৌদ মুংশি লিচিংনা

ইকাই অকি তুংওঈনা

ঊনিংবনা মাংওঈনা

ফিবম 'সিনা

[ হন্থবা এংবা ]

হা—হা—হা—মুংশিবা !

[ পোংম্বু কোন অমা পাঈহুনা মাংখা

কোন্নুনা চাক থু.দান ঈথিং কোন পাঈ

হাওবা থুনা শককম হঞ্জনবা ]

কোম্বু—হৃজিক কাও লোইজি পোংম্বু !

পোংম্বু—[ থুনা রাই তৈত্তুনা ] খংত্রেদা—

পিজনিংবনা মুক্ লাম্নবসিনদি

চাগদবদি খাংববু ওম্মরিরোই।

কোম্বু—হৈম্বু হৈদা—মাচনসি রাত্তেদা।

পোংম্বু—ইবেম্মনা রাত্তবদি শিল্লি।

কোন্নু—নংগা ওমজরোই—লোইহুম

লোইরো।

পোংম্বু—( হৌগত্তু.বা পৈনা এংনা ) ঐ লৈত্রম্ব

য়ারে—হা—হা—

[ ইমুং চংখি।
কোম্বু চাক থম্বই। পোংম্বু
ফিদা থাম্বে। ইমুং চংখি। ]

কোম্বু—অচানবী চম্বৈ ফি'দ?

পোংম্বু—
ময়োম ফী
পুরক্তুনা
} ঐনা হে'ৎনবা মন্নাৎপা, ইবেম্মনা
—মহেনবা।
[ হাওবশী মনাক্তা থম্বা ]

কোম্বু—অচানবী! [ ইমুং চংখি ]

পোংম্বু—ইবুংঙো।

খোয়দা চম্বৈ হোংবিয়ো
ভরা চাক লোয়জরে—[ ইমুং চংখি ]
হাওবা ইমুংলোমদা এংই।
ফী ময়োম থরদং হাঙ্গোদোক্ল এ'ংই।
চাক্ত অমুক এংই। ইমুংলোমদ
অমুক এংই। হৌগৎলি এংই।
চংশিল্লি। ফিদা অমুক এংলে।
এংনা এংনা চংখিহনা ফিদাদ
কমদনা মাইওয়না কমই।
হন্না এংনা চাক চাবা হৌই।
থুরপ্ চাই। পুম্নমক কোম্বু + পোংম্বু
নিঙথোংদ পেন্না এংজৈ।
পোংম্বু চাক এনশাং হাম্বৈ। চংখি।

কোম্নু কাটি পুরক্কুনা হাম্নগী ঈশৈ
মত্তাং থম্না ঙংবোই শকপোই কি ককৈদ ।
হাওবা ইকাঈনা চাবা ঙমদনা চাই ।
মথুং লেক্না লোইছ্না চাকমদা মচিন
মম্না মথুং হামজ্না কৈজোম কিজিদ
তৈথোক্কুনা হাম্নগী মকমদ লেপলরে ।

লেম্বী
থমুক মচা
অমা পাইনা
থোম্নক্কুনা
— লাংলেন্ হ্রম ! ইমা খোরি কৈথেল
লাংহৌরুগে, পোংম্নগা ঙহাক
পু.লাই লৈরম্মু । পোংম্নু !

পোংম্নু—অপোকপী ।
লেম্বী—ইমা চৎলে । তনবা নংবু মনিং
থুংত্রবরা ? হয়েং অঙঙো অঙম
লৈব কান ননিং তম্ন নিজরোকো ।
[ হাওবা তঙক ২ এংহৌই লেম্বী চৎত্র ]
পোংম্নু—ইরুজনিং খোং তেক
ঙাম্নুপা খোংবানপা
হুম্নিংবা থম্বালপা
থাজপা থম্নোপা
থোইমুপা লৈরাংপা
শাবীপা শানৌপা
ইবুংঙোপা ইবেম্মপা
থম্নম লোংদম খোনপীনে

চিংঙ্গী খেংপা মাত্রবা লৈপুম্লে ।।

[ অনি নোক্না নোক্না এংলৈ ]

কোম্বু—হৌরব্রা ? চরৈহুম থুপসি লাও ।

পোংম্বু—এঁনা হৌব কান মীনা হৌব কান ।

[ চরৈ থুপামিল্লৈ

পোংম্বুদ পি ]

পোংম্বু—তজিকমক্লা সুক পিনিংলবদি

হয়েং পাম্বু কাদ লৈবাকান

নিংতোল নখুত্ত য়ুমসি তুমদোরিকো ।

[ হাওবগী পোয়োম মথক্তা থমই ।

হন্দোরকই— ]

ইবুংঙো সিম্ব ওক্লে কৌবদ হায়দে

ফুমিন ২— মাম্নাইজদা—

কোম্বু শোম্নপ—অ—হা—হা—হা

( ইমুংদ চেমশনখি )

পোংম্বু—সিদগীদি— ?

( হাওবা কী মত্তোম পুত্থনা নোক্নি ২ এংলমলপা হন্না এংনা চৎখ্রে । )

কম্বা থুনা—ইবেম্মা !

( কোম্বু কিংনা থোং হাংহুনা এংই )

ইবেম্মা চৎ—খে—দো—

( কোম্ব মুংশিনা এংনা ভপনা ২ চংশিল্লি। লেপত্থুনা মুম্না
নোক্নি ২ এংবদগী মুনখিত্থুনা জগো'ই থম্না ২ শারকই—

ঈশৈ —

"মংলান মানজা লোয়মুম্বা !
নিঙোন থাইবী থম্নাইনি।"

হাদ —থংলেন নংগী চেংলৌ মুংশিবা
অচেৎপা মুজা পায়নমুং
পান্মু মুংশি লে'ৎচগে
কলক কনা শোকহল্লোই
এংখি কনা উইহল্লোই ।।—

হাদ—লোয়মুম্বা মানজও !
থংলেন নংগী নকমদ
নিংঙোন থম্নাই কৎচব
ভাইবং লাঙোল আসদ
লেংদ লৈপুন ওইজগে ।। —

( কোম্বুগী মঙোদ মুন্দুনা পোংমুম্ব মরক মরক্তা জগোই
থংথেক থ.থেক থেকলকই — ।

পোংমু মুম্বনা — ইবেম্মনা খোঙাই খুদিংদ
থম্নাইদ পংকং — মকৎদি
লৌবনবনা মচেনখি
য়াংদৌ লম-থাংদদা
মুংশি লিরি ভৎচনিকো ।।

( কোথ ফুগে তাম্রি—পোংথ চেরপা
লাংনম্রনা স্থরনং—
"স্থাংশি হিরি ভংচনি" ।।

( লাংনা লাংনা চংখে )

**Light off**

---

২বা উংপা

"লক্ষী"

পাওজেনবা

সে সে বেগে তাদবা তাহোরো
মোইরাং থদবা থংহোরো—
য়াদি মোইরাংনিংথৌ—চিংবু হেনবা
কোলোম লেদ মারানে—
বেগে—মোইরাংনো—থুতাক—নোংপাদ,
নৈমা নিংথৌ কুমপাও কুংগাংবা
নৈথাক—নিংথৌ নৈচাও থুমাওনবা—
তেবী তেশা থোয়োন মাথোং
মরি মাচুম কংনা লেমফু থোংদোই
মুংথবা—থোয়োন পিবানা লাইথ
ইপান লাং—চিংচু থাংজিং কোনমক

স্না খোংগাংতম—দুগা কোজন য়াইজন
কাংদৈ য়াখোকনি—খোয়োন পিবা
য়ুমলেনবা খোয়োন হাওবা শিংগা
শিন্দমনা নিংথৌ হিরি চুপহনবা
তনবদ মতিক চাবা—কম পিগনি
কেগে মচা মতাই চেন্না
মোইরাং মচা খুম্নক কাওনা
লৈবাক ইন্না তানবা
নিংথৌ—কমদৌ—কম্বাল চেনবা
তনব খুদিং থৌখাংলো ।
( হাওবা কী ময়োম পুন্থনা হন্না ২ এংথনা চংলকই— ।
শানৌ নংবু করমনো ?—
লমজা পায়মা খুংগলহন
লমদম 'সি থাদোকনা
লয়েল কৈদা পাংসিগে ?
নিংজ শরুক কাওজমদ
চৎবিংদবনা মাংওইনা
তমদ খোংগাপ তান্নক্রে ।
চেংলৌ শকতম অহেনবী
হৌমসানা খিংবা তমদনা
অহাং মালাংদ লেপ্নরে ।
কোলোয় মিংথৈ হুংশিবী !
য়াবা খোনকম খোজনা

থম্মোইন নামিন্না কোঁথারি।
লমজা থুজেং লাক্লপায়
ফুংশিনা লনজিংবিত্তনা
পাম্মু লংদম য়োইহল্লে।
নমু তাইবং চৎনরোল
লাইজদগী কেম কুপ
পল্লেপকম খাদ্রে লমজানা॥

অপাম ফুংশিবা!—
(থম্না) হা— হা— নোকনিংই।
নমুনা উরে—
(ঙাংলনা) হা—হা—নোকনিং—।
খমুমনা এলে—
(শাংলনা) হা— হা—কলক—।
অঙাঙ চাইদ্রা এইনিংঙাই।
হু—হা—হা—হা—
(থুনা চৎপদ মবাই পাঙ্গেনবা উনজুনা শককম হুন্ননা অনি মুন্না এনবা)

পাঙ্গেনবা— ত্রনবা নংবু কনানোংগবা?

\+ + + +

কোলোয় পাওথুম নংন্নবরা?

\+ + + +

কোলোয় মিংথৈ লেংজুনা

লোয়নাম কুইনা থিরক্লবা
কুম্লাং চুপনা পাওহংলবা
মার খোঙ্গুল কাংউবা ?
কেগেদম্ব খেংনাদ্রে
মোইরাংদম্ব উনদ্রে
কাওথ্রবা শকতমহুবু
নিংসংবগুম তৌই ।—
ফরে ফরে নংনা পাওতাবনিজগা।
লমদম কৈদগী লাকপনো ?

+ + + +

হুম উম —
"থুয়োন হাওবা"
( হাওবা শরাই লাওনা থই )
খং দুংজ্ঞ ?
তা লাকপ্রা ?—
নং মম্বুং ফননা পাথংনি।
ঐমে থুয়োংদ হাওবগী মবাই
পম্বেনবা নিংভোল লাকপনি—
মাগী নমক্ত মচেমনা চংনি থরুনি খংদ্রে।
মঙ্গু নিংথৌগী চেংলৌ উদনা লাইজ ইরিক
ডাংকোক থরিনমুদ্রে।
হাওবা ( মপি নিঙ্গুহুনা )—ইংদেম ইবেম্মা।

পলেম পম্বো শরুবী।
মৌপরা লাইবক খিবনা
ইচেমগী খোগন ফংজদ্রে
পলেমগী খোয়াং লম্মদ
শিংবা গুমজদ্রে লমজানা
লায়বকখিবা লমজাবু
বারৌগম্বুকো —পলেম শকপী ।
[ মকম খাদনা চৎলি ।
পম্বেনবনা ফাই ]
পম্বেনবা—শেলৌরেন হাইনা পাওহৌগে
হওবা হাইনা মিংথৈগে
ইবাইনা খোঙ্গুন লিরকপা
লোয়দাম থাবুম য়ামলক্লে
গুলি নোংলেন নোংজাদ
ইবাইনা নংবু থারয়োই।
হাওবা—হায়বিগনু অঙবা
কেগেদা কনা লৈজদা
মোইরাংদা কনা উজদা
ইদোম লৈজবা লমজানি
মীগী মকাদা এপ্পরোই
শাইজিন শাম্না তাংলয়োই।

[illegible] — [illegible] ।

পাওরো পুকলৌন
পুক্লিং মুংশি পাওহল্লি।
ইবাইগী ঘোংবা মরানথাই কনাগীনো ?
নংনা নোংমা লাক্লগা
মচিন নপওরা অঙাং মমা ওইনা কাইনব
নচেমনা খংদহনা তল্লাম তল্লাম
তৌহৌদবা, পায়মা কিশি কিপহ্ন !

হাওবা—অওম কোলোয় থৌজাদবা ভাকপিশি
লমজা লায়বক থিবনা
নোংমা সোইদ লাকচগে
পলেম শকপী ইচেমপী
লমজানা থৌগন কংজবা
চিংু লায়না কুবিনি।
লমজানা শরি নাম্বুংথিয়া—
পন্তৌ শকনা লাকোনবিরকপা
থাজালাকপা অঙবনা
নবা ওইনা মচেং চারুবগী
পলেম পস্তৌ পস্মুনা
পেয়া পাওথা মীচৈথিবা
লমজানা থুদাং পিকঃতৈ
মাই কিরুক থুম

কনা হয়া উত্রবা মতম
কেগে মচা অয়াম্বা
মোইরাং মচা খিবিরা
নোক্লা খুবাক খুখিবা।
কেগেদা লমজা কৈহেদে
মোইরাংদা শরা পালহৈদে,
অঙম্বা মাগী মমাংদ
লেম পাম্বোম ফিং
নমু তাইবং লক্ত
মীথোই মীহেন তমখ্রিকৈ ;
কনানা হয়া এ'বিত্রে
কনা হয়া উগ্রবোই।

[ খুনা চৎত্রে ]

পম্বেনবা—শেন্দোয়েন নংবু তাইথোগবা
রাংলেন পুজোইদং কোলোম
পাওমেয়খিসি। [ তায়খি ]

**Light off**

---

৩৭।

# খুমন লমদম

## চিংয়া পাৎপান

হোংনেমস্নুখা তুংহন্নবা য়ায়া কিনা মুংশা থবেং,
চরৈ নিংথিবা মকম থংদনা—কাওবা অচম্বা
ফিজেৎনা খুলাং চেৎনা ভারেল খুস্থ তা পায়হুনা
হোংনেমগী ফিরাক তম্বা শিংহুনা—
থেক নোক—চংলকই—

হা—হা—হা—হা
খুমন কাওবা চিংথাও
লমশং পানবা হিত্তম্বা
ইতিক থংগনিদো—

ভারেল ঐগী খুৎস্থ তা!
খুলাং চেৎনা পায়
ইমুগী ফিরাক থাইগেদো

[ মথোং অনি থিম্দুনা তানা
লোংগে খৌয়াংবা—হোংনেম
নিংহৌ কমদোং, মথুং নায়া
মালেম নৈনা শৌ থবাকলোং
মকম থংদ, মমিং কুপ্ত থাংহনা ]

হোংনেম—অঙস্বা রাংলেন মিকুপতং
রাইবী থরাই কনখো
কোলোয় পাওশেংনরগা
অঙস্বা ননিং তম
পাঙ্গুমিংঙাই ওঈদবরা ?
কাওবা—কোলোয় করি পাওশিন্নগগে
রাংলেন মিকুপত নত্তে
তাবিনিংঙাই ওঈরি ।
হোংনেম—অয়াম পাম্বৈ ওঈনবা
থরাই পাম্মুবা, চংজনিংঙাই নত্তে
ওসি নোংলেন্দ—
চিঙ্ড্ নোংদম কনবরা
অঙস্বা নথুবাক্তা
যোইরাং নোংবান দুরাং
হোংনেমসুম্বা রাইবি থারে ।
অথৌবা ননিংনি ।
অঙম অথৌ নৈবাক পুনিঙাই
ওঈরবা কোলোয় ফিদৈগ
শোংজমগে—
ওসি চিংঙ্ড্ থাংজিং শরেনশী
রারৌ শাথোং লিবদা
ইদাইয়েম খোংলোইশিংনা
থাঙ্গী মৈ থাব

য়ারো শাখি তানবদা
ষোইরাং ঐনী লমদম রাংম লান
মালং চিনাইদবনা লমজিংনা
অগুম্বা লমলেল মপুংয়াই
খাম্বী মৈলান য়াইখিবা
থুমনগী অমাং অতা
ষোইরাংনা শিংনিংঙাই ওইদবা ?
অসি রাম্বু থমখো
অথোবা পাজল শেংনা
অকন পাম্বোম ভানিংলবা
চাইন পুংবু থোনসিরা ?
খোংত্রেনবু হানসিরা ?
থৌয়াংনিংঙাই লৈতনা
য়াইবী থবাই মাংবদি
অগুম্বা নংত নত্তুনা
লায়রম লেন ভানবদ
লেমমানিংঙাই ওইত্রেদো ।
কৈ থমুম নোংদমখোনগীদি
অচুম মনিং তম
থবাক লোংনা য়ারে
তায়েল থুলাং চেৎনা পায়
ইমুগী কিয়াক খাইজয়ো

[ থবাক লোৎনা মাথি ]
কাওবা—[ তা থাদনা ]

পাখৌ হায়না কৌওমজগে
( কোংথংনা )—মায়েনম্নুসিকো—খোইখা লিনখা
থাকয়োই—ইকাইদা—
মুংওাঙ্গিত অশাও মৈনা কুপ্তুনা
লাকচথয়ে যাংওইনা
তাইবং লিচং ফুংওইনা
মায়ৌ শাগী মতৌওম—
তাকপিনিংঙাই ওইকো।
মোইরাং মপান থুমন লৈজবনি
থুমন ঐগী ইরাম এংবিদ
রাংলেন পুজোইমুক্তং
থুমন ইয়ানয়াই পাংলূখিসি।
( তা লৌথংলি )
হোংবেম—অওম 'খৌনিঙাইনি
ফুংঙাই পেময়ে
মোইরাং ইয়ানয়াই পাংলগে
ইদাইয়েম খোংলোয় পুম';
অওম খৌনা ফিবনা
ফুংহল মদোমমথয়ে।
মাবা কোলোয় শোংনসি

খুমন নংগী মাংথিবা
মোইরাংদ তাননিংঙাই ওইয়ে ।
কাওবা—অহোঙ্গনা ইকাইনিংঙাইনি
মাংথিবা মাংথরে
মতুনা খুমন পান্দনিংঙাই ওইদে ।
মোংব নয়ানয়াই পাং
অওয় খোংদোয় হুনবিয়ো ।
হোংনেম—করি যানো অওয়বা !
অশিবদ হয়া তেমথেং পিয়েনা
মোইরাং হোংনেমসুম্বা
ওসি নোংলেন্দ নৈত্রে
হয়া য়াদি মোইরাং পাং
খুমনা মিংথিনবনি
লমন তোয়বা ঐহাক্তি
শিংবা ওমত্রে হ'ঈজনি
ওমনিংঙাই ওইবা ইথোদি
মায়োক পুংযাই লেপ্পনগনি ।
তায়িংঙাই ওইবা অওবগী
মতিক চানা শোংনসি ।
কাওবা—উম্ তাকপিনিংঙাইনি
'হুদি—তাঙ্গা মপা ওইনা
কুমজাং মশিং কুইনাব

পায়মা কিশি কিরকপা
হমকম চানা হুনহৌগে
আ—
নিজবা পিবিনি—
হোংনেম—মিব নস্তে অতম্বা
হাইনিংবা ননিংনি।
কাওবা—'হুদি—
আ—
শরি নামুংবিগনা ?
হোংনেম ( মুংতাইত নোক্ )—হা—হা
থাজদ মপান থোক ?
ভমনিংতাই ইতিক ওঈবা
চিংু লায়না তাবিহৌ
থূমন মথূবাক্কা
য়াইবী মহুৎ শিয়গে।—
তাসি অতম্বা !
কাওবা—মোইরাং থুমন মরিনি
অহৌইনা নক্ক লৈজনিং
য়াদি মোইরাং লম্লেন্দ
হোংনেমম্বা মরানরাই
শিঙেল লক্পী অহেনবী
লৈরাং নায়তোম শাংলিবী

ফিগাও শানা হেকচা
থুমন লমদম লেমগে
কাওব ইয়ানয়াই ভানজগে।

হোংবেম ( ইকাইনা )—উ-ম নত্তিক নপানি অওম্বা !

ইযোম ঐগী লাংলেনহন
মথক্ত অমা শাত্রবী
মথাদ অমা পোমত্রবী
ম্না লিক্লাং অহেনবী
অওম্বা ওক্ত হুক্লগে,
নোংম মোইরাং পাং
খোংদোয় হুম্নিংবা মতম
মিঙোন মাগীদমক্ত
মোংব ইয়ানয়াঈদ লাকসি।
( মুংঙাইত মরু লুকনা চৎপ্রে )

কাওবা ( মুংঙাইনা )—হুঁ—হুঁ—

নমু ভাইবং !
হোংন ঙাক ওইদেহে
ওঈম্ন কংউ ভন্নবা
মথোং খোং হাঁ— হাঁ—
অহন্নমন পাওরৌনা
"লায়রাচা মাজোই ভম্নিংঙাই,
ইমাকথুনব কৌম্নু লংনিঙাই"

অরেপ্পা লৈতবা তাইবং !

মংলানরোইদবা তাইবংলেন্দ

খুৎনা "মনি" পাঙ্গজরে ।—

["অ" এংবা] হা—হা তারেল খুৎমু তা ।

ঐ থকপা নসিঙ্গাং

ওসি কোইরো হুমিছি

খোইহি চুপকে থৌরাংলে ?

হা—হা ( তা এংই )

হা—হা—হা—হা

( মুত্তাইবা মথুং অমিনা তা কৈনা হুক্নং হুক্নং চৎলে )

"Light off"

---

১ বা

"লক্ষ্মী"

প্রাহোইবী

অপাম মুংশি শায়োনবী

মুক্তা মথো উৎলিবী ।

তাইবং অহানবা লাকোন্দ

থমমুং মাইথিং কোরও !

শাম লমগানবা লৈপুনমি ॥

হাদ ইতারোই !
অনিগুবা তাঙ্গৈবং লাঙোন্দা
খোংনাং লাঙ্গৌলোরেম্বী মিংথৈনা।
হেঙ্গুনহা দৈপুন ওইখিবী।
হাদ খোইনৌ ইতা চাম্নবী।
হা ইতা অহম শুবা লাঙোলম্
খোয়োল হাওবা মন্তংলাংগী
মুক্তা মিংচৎ ঙাঙ্গরো
মিংথৈ মন্তন উৎতুনা
মোইরাং চম্মু মাইখিংকোম্
ইতারোই।

---

২ বা

## চিঙু থাংজিং

**হয়াওকম**

নাকন ১দা নিংথৌনা চিংবা অঙম্বা ময়াম !
নাকন ১দা মুপী ময়াম। হাওবা কিঙৌশেং
লায়শং ময়াদ কময়ই। মাইবা মাইবী ময়াম।
মাইবী ১ মামা লায়মাংদ লায় তোংই।

১। য়াইবী অগোই।

২। কোয়ু অগোই।

৩। মুপী ময়াম অগোই।

---

৩ বা

# লম্বী

পাহোইবী

অপাম—মুংশি—শায়োনবী

মুজা মথৌ উৎলিবী

ভাইবং অহানবা লাওোম্দ

থমমুং য়াইখিংকোয়ও—

শায় লমগাসবা লৈপুননি—।।—

---

৪ বা

# মাঙ্গোল

হোংনেমগুম্বা হঙ্গৎ হন্দা চৎনা রাখন তৌই।

হোংনেম—মমাঙ্গোন

লেম্বী—করি তাকপিনিংঙাই ?

হোংনেম—করিপ্তাকপিনিংঙাই—

লেম্বী—করি তৌরগে ?

হোংনেম—নোংমতং মসামা থংনে

সিগা সিগা—

মশানা থংনিংঙাই ওইনা

লেম্বী—করি মদো কৌবগে তৌরিহ্নবো ?

সিগা সিগা তাকপিদ।

হোংনেম—নখোম লমকেংপী অহবু মহে।

লেম্বী—ইযোমগী বা ওইরবদি

রাহমৈ হারনা শাওবীহ্ন

হূজা পুক্লিং হূজানা থংই

পামদবা—ইনিংথৌহ্ন ওইসহ্ন—

হোংনেম—তানিংদে—পাওদোনিঙাই ওইদবা।

থেমজ হারজ পলেম নখোনি

নং রাওনা হে তোং।

হই—পলেম পম্হো রারাবু

থোজাদবা মিতোন লমকেংপী।

য়াওয়া কোলোয় শেংত্রিবৈ
তয়া চাক চারয়োই
লাঈজ ঊশিং শোক্লয়োই ।
ইমুং থৈনা গুানবদা
য়াইবী থয়াই থাখিগে
( কোম্ + পোংম্ হয়াওবা নোক্না চংলকপদা
মপাগী শাওবা ঊবদা কিহুমা থুনা শককম
হওয়া কিনা থোমজন ভাশন ইমুং চংবা )
হোংনেম—পোংম্ ।
পোংম্—পঙ্গৌ অপোকপা !
হোংনেম—লাও—
পোংম্ (কিনা)—ভাকপিবা অপোকপা !
হোংনে—(ইমুংদ এংবা কোম্ ভারহদগী
থুনা লৈশির্নাথবা )
নবেম্মা করি হায়রি ?
কোম্—অপোকপা !—
হোংনেম—কোলোয় নপাও শেংউ ?
পোংম্—অপোকপা !—
হোংনেম—হুঁ—ইমুং থৈনা গুানবদা
থুমন ময়ানয়াইদা
পঙ্গৌ শরি ভাক্না
চংলে করে—চক্রে

হয়েং কোইরৌ ঙমিত্তা
য়াঙৈবী থরাই থাঁ
ভাইবংলেন নোঙ্মা নোঙ্মা
থাদোক্কে।

পোংঙু (রানা)—পঙ্খৌ অপোকপা !

হোংনেম—ভানিংদে তুখিন লৈয়ু।

কনাগী পঙ্খৌ ?
ঐগী কনা লৈজদে
পরি শাংত্তে
ইম্মোমস্থ পোমদে।
মোইরাং নোংবান লুরাং হোংনেমস্থ
লৈত্রে – খুমন পুংদ—
খমমুংগী সরা ভানব্রে।
অমংগী য়াইথোং কুমগ্রে।
নমু ভাইবং পুম্বনা চংজনিংভাই
ওইরবা—
হা—হা—হা—
মথোমদা কাওবা চংজরে।—

(কপনা) লায়নিংথৌ—

মমাইনা শরি নামুংনখিবা
হয়েং ইঙুং শোরা কৈনা ভান
শরি পন্দোম লোমজগে।

( ইমুং চংখি )

লেম্বী—( ইমুংদ এংলগা লোম্বপ )

পোংম্বু । নবেম্মসিবু
নবু থেমনিংঙাই ওই
ওসি কোইরো মুমিত্তা
মাওবা কোলোয় শেংত্রবা
নংগী পম্বো অপোকপা
তম্না চাকপু চাথরোই
লাইজ কাওনা শোকথরোই
অসি মাদি লাইরদবা
হয়েংগী ইমুং তৈবম
নাম্বু থংনিংঙাই ওইরে
সিদ ঐথোইনা—

( মুংশা মপি হোন্নি )

পোংম্বু—পলেম পুকফবী !
নমোমনা করি পাওথুমসিগে ?

( কোম্বু কপনা ২ থোয়কুনা )

কোম্বু—পোংম্বু !—
পলেম ইমা ইবেম্মা !
নমোম লাইবক থিবীনা
পলেমদ কোলোয় পাওশিন্নজরমগে
পম্বোগী মাইবী থবাই কন্নিঙাই ওই ।

[ পোংম্বুনা তান কপই ]

লেখী মুংঙাইনা কোম্ব কোম্মুবা মুংখিনা :—

কম্মিংঙাইনি ইবেম্মা ?
মুমিৎ সিঙ্গুম খরদংনে
পম্থো শরি হুরবা,
তম হল্লকপ ননিং তম্মু—

কোম্ব—নমোমশীদি কয়মনা কম্মিংঙাই ওইদে !

মোমম্ব লাইথক চাওবীগু
নিংথোম ছুরি খুৎন পায়
ইম্বুং থৈনা ঙানাজ্রৈত
ইমু কিরাক খায়
মুক্তা শরি পম্মোমলোম্বগে।

( পোংমুদ ঙাম কপই )

লেখী—মুংঙাইদ শরিসো

কম্ম নোকপা !
মরিগুম
মরি মরি হাইহুরি,
মমু তাইবংনা শিদোকাও
হিংনবা মাইবা কৌ—
পম্থো নমোমদি
হায় শিবা তায়রে।
হা—হা—য়ো কবাশী'বা
নোংকুম নোকখোককে।

হোংনেম ( শাওনা খোরকুনা ) ।—হায়—হায়—

হেদোই হৈয়াও কাবুংগুম
লমহেন মপান খোকয়
ঐসি কনাগুম উই ?—

[ কিনা লেম্বী চাংখে ]

ভাওবা হুইরোই চায়পা
লৈতোন লেকপগুম
মনিং মথা তম
ইচা কাওনা ইথকবা।
কৈ—কৈ—ইতিক থংনি
থেমনা কয়া এংই
নৌনা কয়া হায়
লম হেননা মহেনবা
খুদাং চুংপুল নমন লাক
খূমন ময়ামযাইদ থাগে

[ কোমু শাওনা চংখি + পোংমুং হোংনেমবু এংন চংখি ]

কনানা করি তৌয়নি
হো'নেমম্বুম্ব ইনিংনি।
কেগে মাংদ লেয়না
মোইয়াং মাংদ ঙায়না

ভাইবংলকপী হেয়া
থাজগে নিংবা ঐনি
নিংখি হায় য়াদবা—

মীযাই যাইরোই থিবগুম
থৃমন পুংদ থাগে।
হায়—তাত্রা—

[ লেম্বী ফিংনা ফিনা থোয়কই।
ওহাক তারম্বপা চংথি। ]

চয়ে কী পুথোকউ
মাঙোল খেঙোংলাংদা
য়ায়রেক মিশেল থাংগে
ইমুং কাও চংথ্ররোই
চেংলৌ মশক এংনিংদে।

[ হজং হন্দা চংনা য়াথন ভৌনা লৈ।
লেম্বী কানা কোম্বু থোয়কই কম্বোয় মুংঙাইত
মক্ক লুকনা মপান থোকখি+পোংম্বুম্বু
পোম্নি পোম্নি ইঙনা কিবনা চংপম্বু ওমদা
হৃমবম্বু ওমদ লৈ। ]

হায় করি হায়রিনো ?

লেম্বী—কদৌগে অঙাংগ মায়বী—
নিংথি হায়ন থেমনরপা—

হোংবেম—কদায়দনোনহে ?

লেম্বী—অয়াক য়ায়া তাবদ
হায়কম থংদে—
"পম্বোনা চংঙী হায়রদি"
শোয়গুম—

আ—মালংদ—

মচিন হৈতুপময়ুক চাও

কমথেংই সিনি !

হোংনেম—মশা লাক্ল চিংউ চৎপু

হায়ব হায় লমহেনবী—

লেম্বী—থংজম্রেদ শরিসো

[ থুনা থোকখি

পোংম্বু ইরখি । ]

হোংনেম—ঐগী ম্মারা নমহৎনা

অথোইনা কায়ল বাংমলান

থয়াদ চৈবী ভেমথোংননিকো—

হু —এংউসা—

নবানিবু মানা ওম্বা ?

[ মতৌ এংবদা লুংঙাইনা ] হা—হা—হা

মাইবী চোইত্রংনবীগুম

ভাওদৌত্রা মসিবো ?

কয়া মীয়োন হুক্তিবা—

লেম্বী—চংঙকনা
হুংশা মপী হোয়
মকি ময়োল শেমজয়
} ওমজপোং নত্তেদা—
ইতিক ইপা ওঙ্গৈদেদা

হোংনেম—লমহেনথেদা শরিসো—

অকি অথং লৈতবী !

নাওবা মকয়ু নত্তেকো

য়ানিংঙাইমিদকো—
পোংম্বু !
ঐনা লাক্লদি—মশক থিনি,
হনকম থংনা হঞ্জহৌ।
লাকপ্রা—ইয়া—
থংগনিদো শয়ীসো—

[ থুনা থোকথি ]

লেম্বী—করি কৌবগে ইমোম নংবো—!—
হায়বম্মু লৌবিদা—
[ কোম্বু ইন্দুনা পুশল্লক + পোংম্বু মুংশা
থিনা শককম থংদনা ইময়ক। লেম্বী চংথি। ]

হোংনেম। হৈজং হন্দা চৎনা হুংঙাইগুনা }
কিদা শাই—
পঙ্গৌ পলেমদম্মু কাইনরি
নংগুম অমা কাইনবদি
ইথোং থরোই কাইগুমনি।
[ কোম্বু + পোংম্বু লেপতুনা লৈ ]
এংঙু সা—
শরিসো য়াবিদা—
অয়ৌ লংজম্মুকো—
পোংম্বু! নং য়াওনা কদৌরি?
চেংলৌ শক্তো এংনিংদেনহে।

পোংম্বু ( কিনা )—ইবেম্মা বিৎম্বু [ ইয়প চৎনবা তৌরবা ]
কোম্বু ( ইন্দুনা )—পাংদবী! কিয়গা আ চৎনু—

মীনাই তাং !

পোংম্ন ( তুহনা )—হাইজোদা ঐবুধি—

চৈবুন চা, হাওবি।

লমমকম্ন হেনবৈদা—

কোম্ন ( শাওনা )—চিনখিবী চিলহৈবী।

নং য়াওনা য়োনবীগেরাও ?

মপাংধি পাংত্রগা—

পোংম্ন—এঃ এঃ য়েনা মাহে

ফুননা কপ্পেনা

বারক্লীংতাইনি পদ্মো অপোকপা।

কোম্ন ( পোংম্নদ ফুহনা )—করি চিনকেন কবী

নং কাওবা উশিত্ত—

নোংমদ পোকপিনি

নোংমদ শিপনি

থরাইব্ য়োল্লগা হিংগত্রাও ?

[ ফুযা চেনবা ]

পোংম্ন ( চেয় ) - মচেয় মৈ

ময়ানা পান

খিনবনা অমদা

ফুবনা ঐতোন্দা।

কোম্ন—মসি—[ তায়বা ]

পোংম্ন—[ কোম্নেমম কোম্নুকা লৈহনা তায়বা ]

পদ্মো অপোকপা ?—

[ কোম্নন শাওনা ভান পোংম্ নোক্ চেন ]

হোংনেম—[ ইস্মোকনা ] ইকাই শরুক ম্নাদবীশা !

কোলোয় পাওশম

সমু নাক্ চংলকম্

কোম্ + পোংম্
ইমুংদ ইনখিবা } কোলোয় মিংথৈনিংদে
চেংলৌ নশা উজনিংদে ।

ইমোম লৈ কাওগমগে

খংনিদো শরিসো—

কোলোয় নপাও শেংত্রবা

ইমুং কৈন ভান

ম্নারো শা ভানগুম

খুমন মরান ম্নাই পাং

হেক্তা মথাব ওমদ

কেগেদা লৈপ্ররোই

মোইরাংদা পানপ্ররোই

চিঙুনা খংবীহো

খয়ুমনা ভাবীহো !

**Light off**

---

# চিংঙু থাংজিং

মন্দির

হাওবা—চিঙু লায়ও লায়নিংথৌ !
লমজা লাইথক খিবনা
লায়নিংথৌ অপম্ব
শরি নমুংবখিবা
নোংদম্বদি খিবনা
শরি পন্দোম লোমনদা
য়াংদৌ লমথাংদ
লাইজ' কোজোন ভাকপশুম
হুঁ—হুঁ—হুঁ—[ নোঙ্ক য়াথন তৌ ]
খোয়েন মংজাবগুম্ব—
মজে মনগে খোয়াংবা ?—
হোনশা শাজংলা ?
চৎনয়োজ নথোয়া ?
পামজঙ্গে লায়নিংথৌ
কমনাইবা অঙম্ব
নিংথি হুংঙাই লমদম !—
তিক্ক ইংন খোয়দাকৈ
লাইজ ইঙ্গুং পুং
মমু কনা উদা।

লমজা ইদোম
ইশৈ লাংদ
অরা চৈনা কংদ ।—
কদাই তাইবং ! খুংঙাইবা ?
সিরা ?—

হোংনেমগী মখোন
মমুংদগী তাবনা
তাবা

"নিঙোল লমখেৎপী !
পম্থৌ য়ারা থৌজাদ !
ইমুং তৈনা তানবদা
থুমন মরানয়াইদা
থা ওমত্রব শরিসো—
হয়েং কোয়ৌ খুমিত্তা
তাইবংলেম্দগী নোক্ত নোক্ত
য়াইবী থরাই থাগে
চিঙ্‌না খংবীহৌ
থয়ুমনা তাবীত্রৌ" ।

শংওনা + রানা + য়ামনকিনা + তাওনা—থল্লমদগী—
হা—হা—হা—হা—
কপতুনা—শানৌ নংবু মচংলগে নিংলবোই ?
মুজা য়ারা থোয়দাবা
নিঙোল চেংলৌ খুংশিবা
লমজা লাইবক খিবনা
চম মুক্তা তাহৌখিগে

মিৎলাং পেন্না এংজয়েহৌপবা ।—
শানৌ নংদি তাত্রে ?
সমু মাই ওনথরে
মুংশি মংবু কাওখন্না
মুজা শরি নামুংবা
ন্নাংলেন মিকুপ অমত্তা
কোলোয় পাওয়েন্নখিসিপবা ।—
নোন্নিংবা—কনাগা ?—কনাবু ?—
খোয়েন মংলাঙ্'গী কোলোয়
তাইবংলেন্দ ন্নাচানা
মক্তে মনা মিকপত্তা
মংলান'না মাংনিংঙাই ।
ঙাওনা—খিক নেম থাজ লাম
লমজা থম্মোয় ন্নাং
লাইথক্লা নেম
পারম মুদে মুদে মুংবংবা
অক কত্ত নংদনা
শরি মামুংনখিবা ।—
কিনা—খজুদ সোজ্জাংবা
পজ্রেপনিংঙাই ওইদব—
চিত্ত্ লায়ও লায়কিখো — ।

লমজা খুজেং লাঙপায়
পরি পন্সোম লোম
খোকতম চানা খোকপি
হনকম চানা হনবিয়ু।
রাসা—অপাম মুংশি।
লমজা পায়মলুং
মুংশি মমি তাখিবা
তরং লাইজনা মুংলয়োই
খাম্বী মৈনা চাক্ষরোই
কাওতমত্রবা রাখম
অহোইনছুম মুংওজে
করয় খাংনিংতাই ওইমি
চানি থকনি খংত্রবা
খোংলানিংতাই লৈতবা
মুংশি মাদি—?
শাওনা—হুঁ পায়মা পুক্লিং হোং
মুয়াচা মসিজাং
অক শরুক পায়
ওঈদ মাংওঈরম
অওইবনা তুংওইনা
মুং পান খায়

নোঙ্গ লাং থাক
মিচিনা কিশি কি— ।
চুমইদা—লমকেংপী ।
লমহেন—

( কোম্‌হু হয়া এং কয় চেল্লক, হাওব শাওবা উবদা।
চংদ, হয়া এং, অনি ওহাক মুংশিনা এংনা )

কোম্‌হু হাওবগী মথোং কোম্ম কপতুনা—

মানজনিও লোয়ুম্বা !
থংলেন মুজাগী পামুবা !
মনাও লায়নকথিবীনা
কয়ি হায়না পাওহৌনি
করম হায়না পাওতমনি ?—

হাওবা (হজানা)—শানৌ হায়না কৌহোগে

শিঙেল লক্তগী অহেনবী
লৈম কোম্ব ঙাল্লিবী !
লায়র লমজা চুদংপা
নপা ওইদে থংনিংঙাইনি ।

কোম্‌হু ( ওকনা এং ঙপনা ঙপনা হৌদংলি )—

মানজনিও মুংশিব !
ওসি নোংলেন অহানবা
ইকাই অকি হুংওইনা
পাম্মু নংগী নওংলাং
পম্থো মিংলাং রাংমলান

মুজা লমহেন শিংদ চন
নিঙোন খোংদোয় হন্নকপা
ওক্ত মুয়ানি থনবিনু
মোমনু লাইবক চাওবীবু
হল্লকী লাঙোল 'সিদা
খয়ুম নোংদম থিবনা
ওক্তশিগে থৌয়াংবা—
নিংঙাল ঐগী মুংশিবা।
মুজা ঐগী পান্মুবা।
মংলান মানজ লোয়ুম্বা!
খম্মোয় মুংদ চেৎন কোন
চিঙু থাংজিং লায়মাংদ
শরি পম্মোম লোমজগে।
( থিমুংদগী চুরি লৌথোক্নুমা খিনগে ত্তৌ
হাওবা নোঙ্গা এংলম্বদগী ফাহুনা )
হাওবা কোমুগী মথুং অনি কানা পাই—
শানৌ করি মদৌ কৌবগে?
ওসি নোংলেন অহানবা
শানৌগী থুৎমক্ত পাই
চুংশি চেংলৌ এংজ
লোয়ীন ওইজগে লোয়ুবী
য়োয়মনাই কৌওমগে লমজাম্না।

য়োয়মনাই লাইবক চাউবী !
থংদেদো চুক্তা মংনদি
লাইবক থিবা লমজানা
পদেম পঙ্খৌ নাওয়োক্তা
ইচেম মরানয়াইদ
শাইজিন শায়া তাং
লমজা থোঙাই লেনবনা
করম্না সুক্তা অহেনবী
চুরা শিংদা চলহনশিগে
য়াম্নৌ শাগী মতৌঙম
ওমজদেনা লমজানা !
কোয়—কয়ি য়ানো চুংশিবা
কয়ি মতৌনো পাম্মুবা
চুংঙাই অক পামজদে
কজ নিংথি এংনিংদে
অপাম চুংশি কাদদি
লোংদ নৈপুম কুঁবিবা—
হাওবা—অহুবু—পঙ্খৌ য়ায়াদি ?—
কোয়—মনাওগী পাওজাকবিংঙাই উইত্রে
মানজা হৈনা লোয়্নীননি ॥
হাওবা—অহুনা—
[ অমি কপনা মুয়া এথৈব ]

( হোংনেম মস্থংদগী তাবা )—"নিত্তোল নমকেৎপী

পন্থো রারা থৌজাদ

ইম্নুং কৈনা গুানবদ

খুমন মরালরাইদ

থাওমত্রব শরিসো

হয়েং :কারো সুমিস্ত

ত্তাইদং লেন্দগী মোক্ল মোক্ল

রাইবী থরাই থ'গে

চিক্ত্না থংখিহো ৷"

হাওবা ( রানা )—পন্থো—

হন্দকী লাগুোন্দা

পলেম পন্থোনা লাকোন্দ

চেংলো কাওনা থংহোদ—

( সুংশা মপীহোন )—নমজা ইগুংলাগী

পন্থো মাওরা অচেৎপা

শোইনিংগুাই ওইদবা—

করম পাওযেনসিগে সুংশিবী !

[ পোংচু + লেখী হয়মক্ত এং কমা চেয়কনা ]—

পোংচু—ইবেন্থা ! [ কোন্থু না ]

লেখী—লাংলেমহন !

পলে মনা লাঙতোনবী মিংথৈগে !

পলে মনা করি পাওতাকসিগে !

পন্থো থাম্বি মৈমাংদ

পলেমগী পলেপনিংঙাই লৈত্রে

য়ৌরকনিংঙাই ওইরে

ইমোম লাংলেন কদোগে

মোংবা ইরানয়াই পাংলসি।

কোমু—পলেম পুককবী!

পলেম য়ারা থোইনদে

নমোমবু বায়োম্নু

মানজা মাগী মঙংলাং

লোয়িন থোংগাপ ভানএগে।

লেম্বী—করি বানো ইমোম!

পন্থো য়াইবী থরাই

করিংঙাই ওইত্রত্রা লাংলেনহন?

হোংনেম ( শাওনা চংলক )—

হায় লমহেনবী।

পন্থো মারা থোজাদবী।

ইত্তিক থংনিদো শরিসো—

কোমু—( হাওবগী মথোং কোন )—

মানজনিও লোয়ুবা—

হোংনেম ( হপ্পানা ওক্লা )—

করি—মা—ন—জ—

হোংনেম ( শাওনা )—মমাতোন!

লেম্বী—লোয়ুম্বা !

হোংনেম ( শাওনা )—:পাংম্ব !

পোংম্ব—পম্থৌ অপোকপা !

হোংনেম ( মফম খংদনা )—হা—হা—হা—

নখোইপুম্বা লৌভুনা—
কৈ—কৈ—
ঙ—কৌরৌ লোইরোইদবা
সোঙ্গাংলুবা -
নমু তাইবং পংইইদা—
হঁা—হঁা—হুঁা—হুঁা—

( নিংবা কাঙ্গৈনা চৎখি লেম্বীম্ব—অগুম্বা হাঙ্গৈনা ইম্নখি। পোংম্ব + কোম্ব + হাওবা কৈ ফম খংদনা মুম্না এংলম্বদগী মতম অমতদা— )

কোম্ব—পম্থৌ অপোকপা !

পোংম্ব—পম্থৌ অপোকপা !

[ চংশিন্না মুম্না এংই ]

হাওবা—তাইবং লাঙোল অসিমা
অরা শরুক্কুনা
নিংজ খুরৌচলন খোঙাইবা
লমজা নোংময়ুপ্রবোই।—
শানৌ নংবু তারিব্রা ?

কোয় লৈশম্নকুনা
মুম্না এংথৈ

মুজা পুক্লিং শোংলবা
লমজা ঐগী য়াবা লেংলবা
ইন্নিংঙাইনি নিঙোম্না
ওইদবরা চুংশিবী ?

কোয়—পাম্মুবা !—

হাওবা—অহানবা কৌম্নৌ অহেনবা
য়াইবী থরাই তিম্নবা
নিঙোল পুক্লিং থংজগে
—“লমজা য়াম্না ইন্নি’ঙাইনি”
শরি নামুংনবিয়—

কোয়—হঁা—মাজা করি য়ানোদা ?
চুংশি নংগী নঙংলাং
শরী পম্বোমনখিবা
পাম্মু পুক্লিং থুংজ্রবোই ?
তাবিয়ুদো চুংশিবা !
এংবিয়ুকো পাম্মুবা !
থাংজিং কাংথোং পাইনা—
ইবুধৌ থাংজিং লায়নিংথৌ !
নত লায়বক চাওবীনা
চিঙু কাংথোং মকুপায়
পাম্মুনহন্নাইবী শিন্নরে
থংবিহোকো লায়নিংথৌ !

১। হাওবা নোঙ্গি ত্তো চিংখংলুহনা }
২। অনিমক নোঙ্গবা তপ্পা তপ্পা থোরক্ } লমজা য়াইবী থরাইবি লৈমরোল শকহেনবী! য়াংলেন মিকুপমুক্তা পাওমেয়জগে—

মুংশি মুম্না এংহৌগে
পাম্মু পেয় কৌহৌগে
মুংশি নংগী নকমদ
পাম্মু নংগী খুবাক্তা

পঙ্হৌ য়াম্বা লেংদবা
য়াইবী থরাই অতাংবা
হয় থাপলে লমজানা।

হাওবা নোঙ্গিনা, কোম্ লৈকম খংদনা য়ানা
হিংলপ—

কোম্—মানজা করি য়ানোদা?
পাওরোল করি থা
পায়মা কিশি কি
মুজাবু করি পুনবিবা?
মিত্তোল য়াইবী কম্নীংতাইমি
মানজ নংনা মুজা শরি লোয়কমনি।

হাওবা (নোক শাওরল)—মিত্তোল য়ায়াম তুপয়
নংগী মানজ লোয়ুব
য়াম্বা কায়ল চমফদে
চিংু লাইনা কুমিনি।—

পর্থো য়াম্বা থোইননা
থুবন লমদম পাং
কাওবা মরানয়াই—

কোম্ব ( কপনা )—পাম্বুবা—

হাওবা ( তাদনা )—নিঙোল নখো মাংওইরবা
য়াংলেন মিকুপ'সিমক
হয় থোঙাপ তান
পন্থোগা কোলোয় পাওমেয়হৌরু ।

কোম্বু —মানজ । নত্তে লোয়ুম্ব—

হাওবা ( নোক্ল )—য়াম্বা মথা তাকদে
চিঙ্‌, কাংখোং কাওফদে—

কোম্বু ( কপ্পা )—মানজ য়াম্বা লোংদব
পাওহয়জরোই ননাওনা—
ঙৌনসা সোঙ্গফদবা
মরোমদোম এংজবা
নমু তাইবং ঐখোইনি—

[ তপনা তপনা চৎলি ]

হাওবা (নোম্মি শককম হন)—মুংশি নংবু তাবয়া ?
য়াংলেন মিকুপ অমদা
তাইথোগবা পাম্মুবী !
য়াম্বা নংগী থোয়দাবা
লমজানা মুক্ত তাহৌগে
মিংলাং পেয়া এংহৌগে—

কোম্ব তপনা } 'সিদগী হেনবা করিনা
তপনা হন কপনা } মানজ পুক্লিং পেনখিনি ?

[ বা ভাংনদা যকম খংনদা ভহাক এংনা ]

হাওবা—মুংশি নংদি খংদেদো
অপাম মুংশি কাদদি
অহোইনহুম থাপলপা
মুংশি ছিরি চিংনিংঙাই
থোইনা হেন্না নক্লপা—

কোম্ব (নোক মুংঙাইতা)—হুঁ—কাওঙবা তনবা নশিন্নাং।

হাওবা—মায়ৌ পাওয়োল থাবরা ?
নিঙোন্না পাম্ব করিনো
লমজা ইথৌ শিন্থাজৌ !

কোম্ব—পামনিংঙাই করি ?
ওন্নীনিংঙাই ওঈরবা
চেংলৌ তত্তবা উজবা
মানজ নংনা কুবিম্ব।
মানজ থৌদা ইশ্নবা
থোঙাই মতম ককপিম্ব।
কোয়ৌ ঙসি সোজাংবা
"লোইমাম থাজ অহমদং"
মানজ থোঙাইনবিম্ব।

হাওবা } নিঙোল নম্বিংচি
খুংশিনা যো.স্ন } পম্থৌ কোলোয় পাওয়েন্না
ঙুঙ্গা নথৌ ওঈজরো।
(কপনিংনা) নং ঐগী ইথৌদাং
পুলেম পম্থৌ থৌগদি।
(লেমনা)—অপাম খুংশি কাদদি
খুং-পাল 'নিনি
স্নাবু ফিনা য়োমসঙু
মনিবু কন্তনা খুপসঙু
লেংদ কজ নিংথিবা
মাংহল্লিংঙাই ওঈবদা
থৱুমলাইগী মতিক্লা ?
নমু তাইবংগী পাদল্লা ?
নিংঙোল থোংদোয় হুজরো
পম্থৌ সমু থোংমক্তকোন
তরং লাইজ ইথৌনা
য়াইবী থবাই থিংহৌরো।
মিংথৈ নথৌ পাংজরো !!
কোঙ (কপনা)—পাম্মু মানজ লোয়্রগ !
হাওবা (নোক্লিনা)—খুংশি য়োইমনাই লাইবকচাওবী।
[ কোঙ কপনা বানা হন্না এংনা তপনা চথরে
হাওবা নোক্ল এংলথদগী বানা এংনা
নিংবা কাইনা লৈহোই।
*INTERVAL*

১ বা

# "কাওবা মরানয়াই"

নিংথিবা য়ুমগী মাঙোল।

নাকন অমদা শঙোঙ্গৈদা

"হাওবা" চুমহনা লৈ।

মনাক্তা হাওগী তৌনবা পোংটৈ

১ মস্তুং হুইত্রি ৪/৫ লৈ।

কাওবা নিংথিবা কীজোন্দ ইমুংদগী কম্না থোরক্লুনা—

হায় হায় ইদাইরেমশা তাবরা ?

মমুংদা— ইঙো অঙম্বা ! নদাইরেম থোংনায়চা

লৈজে— য়ারা কোলোয় তাকপিনি।

কাওবা— লাকোই থোংনেংশা থৌরাংলরা ॥

মমুংদা— থৌরাংজরে অঙম্বা !

কাওবা— হাব থোয়মুহনবী !

থোইমু মমুংদগী— অঙম্বা।

কাওবা ( মুংঙাইতনা )— হঁ— অঙবা !—

পঙ্খৌগী শুম্ব তারেন তা পুরকউ।

থোইমু মমুংদগী— অঙবা ইচু নিংথৌ

থাদোকপা য়াজ্রে।

কাওবা— হঁ—

[ শাওরপ ইমুং চংথি

হাওবা কাংথৎনা এংই।
কাওবা ত্তা পায়না খোরকই।
হাওবা হায়দোনা লৈথি।—
হায় ভাত্রা ইয়াম্বা হ'ওবা!—
ভারিবর।—
ভাবরা ইয়াম্বা নংবো—
[ হাওবা হুকাম চম্রা হৌগৎনা
ঊশিন্নরা—হুকাম চম্রা চম্রা—
হাওবা—কৌত্রা ইনাও অওম্বা?
কাওবা—উম—কৌইদনা—ভামন্নামকন্থ
ভাদেহে—ভল্লিদা ইয়াম্বা!
নশামক লেংগুমদা—লে—লে—
মমুম মোইরাং পাং
অওম্বা এনা কংলা করিদৈ
খোংলোয় ওঙ্গীনা চৎচহৌ
লাকওহে কে'রৌ খোংপাপ ভাল্লসি!
হাওবা—ইনাও নং চৎভৌয়বা?
কৈ হাই—ইদোম ভনবনা
(পোৎ লোইশন্না) কোয়ৌ শাংনা মোইরাং পাংভ্রে
নং খোংলোয় ওঙ্গীহৌপে!
ইনাওদি নদোমলা?
কাওবা—ইদাইরেম কনা হাওরোই

লাঙ্কোই খোংনেংনগনি।

হাওবা ( পোং পাইনা ) } করেনহে—ইনাওগী
লাঙ্কোইদা পোংশিংসে থয়া
পুজম্মু।—

হাওবা ( শাওনা )—হঁ।—ইয়াম্বা নংসিদি হাওদ
হাওবা হায়বত্নিহাই—থৌওই উশিস্ত,
লাকও লাকও ( চংলি )

হাওবা (নোয় ভুপনা)—শাওমুনহে ? মানিনহে—
হাওবা হৌনশা ওই—
অঙম্বা নং কাংবনি থংনা থংনা
( ইমি )

থোইমু (থোরক্না)—পম্মো হাওবা !
নয়ুম মোইরাং পাংলবা
স্তর চাক চাখো
চরি কনা ওশিনি
ভরা চয়োম য়োমখো
পলেম য়াবানি ॥
( চংখি )

হাওবা—তারিত্রা ইনাও—!
য়োয়মনাই য়াবা ইম্মনিংঙাই ওইত্রসে—
তায় খোজাপ ইয়কে
ওহাক পুক্কোই শান্নমখো।
( হঙমি )

কাওবা (শাওনা হন্না এং)—হায়—হায়—কোয়!

ইদাইরেমশিংদ পাওদস্মুহে
ওসি নোংলেন্দি ভরা চাক চারোই
কোরৌ থেংনা থোংবা ইরানয়াই
পাংলকনিহে—

( শাওনা চৎখি )

১। হাওবা কাওবনু এং, নোঙ্গা নোঙ্গা, কোয়েৎ
লৌথোয় মমাই তৈথোয় মকোই লৌথোকই।
—অত্তোপ্পা থোংদগী—

২। কোয় মচা মুপী মথুংনা শম
ভপনা ভপনা থোরক্লা—হয়াওনা—
থংলেন মানজ লোয়ুম্বা!
ননাওগী অরা থোভাইলোমলে—
মানজ হৈনা তুংইনজরগে।

হাওবা (লংননা,—করমনা?—অঙম্বা মরানয়াই
অথৌবা মশাইগোন
মদাইয়েমনা পিক থন
থোংলোয়না নিংনা নিং মাং
য়াইবী মাংনা য়ারা
ন.তিক নৈত্তে পেম্মা!
( কী কন হজৎ চন্দা য়ুমবুগুম চৎলি )
কোয় (শাওনা)—হুঁ- কনা মতিক নৈ?

ছয়ান খোংযোম্ব ছনবরা
ইনিং খোংপাপ তাল
মদাইরেম মতিক ওঈবরা ?

( কপনা )— মানজ ময়ারা লেংদবা
ননাওনা কোলোই পাওইনজবা
নাইথাং হেন্ন ভোম
কলক মাং চাং তা
পেনবিত্রিত্রা লোয়ুম্বা !

(শাওনা)—মুমিৎ শিঙ্ঘুম কয়া
লোয়দাম থাজ কয়া
কুমজা মশিং কয়ানি
খোঙাইখোংগে লোয়ুম্বা ?
মানজ ময়ারা পাওতাকপিয়ু—

( নোঙ্কা শাওনা পেয়া )—হা—হা—
থৌই হায়বা কাওবা !
মুয়াদ লম হেনগন্নু
নিঙোন ওইরিঙৈদগী
ময়াইবী থয়াই কয়িংঙাই
খুনৌ ছুরি চেৎন পায়
কাওবা থবাক মতাকবদা
নোঙ্ক —খেকনা

ইমু ফিরাক থাই
মানজ হৈনা খোঙ্গুল লিজগে ।—

হেনা—থংবিদেদো পোম্বা—
কমা হয়া উগ্রবা
মিতোম্না মিতে'ন কনখিবা
কাওবা মাদি কলকপা ।
শরি নামু নহনবা—

চাওথোক্না—"মিতোম্দ ম্নান্না কারল চন
হেদো—হয়াও কাকয়োই
অয়াক ম্নান্না ভাবদা
মোংবে ইন্নানম্নাই পাং—
চিংকু থাংজিংব থংবিনি ।"
ননাওগী খোঙাইলোমদে
কোয়ো খোংগাপ তালহোদ '
ননাওনা ম্নাইবী মাংবম্না
কাওবনা ম্নাইবী থাবম্না
অমদি সোইনিংঙাই ওইরে
ননাওনা তত্তনা তারি
ম্নান্না মাগী অয়োইবা—

কাওবা ( লাওনা ) —"হায় হায় কোপু !
মহুংদগী হায়দৌনা } ইদাইরেমশিংদা পাওতম্মুহে—

ওসি নোংলেনদি ভয়া চাক চায়োই
কোয়ৌ থেংনা থোংবা ইমানয়াই
পাংলকনিহে”—

হাওবা—হা—হা—হা—হা—
য়োইমনাই লাইবক চাওবী !
মুয়ানা য়াইবী পান্মুদ—
ভনব খৌদাং লেংদবা
খোঙাই মতম এংবদা
য়াইবী পান্মুই থনবরা ?
খোঙাই চানা ভানগে
মতম এংনা থৈনগে
কাওবনা কৈদ হেন
হাওবনা কৈদ য়াং
থংগনিদে শরিসো।—

কোমু ( হয়াওনা )—মপাং পাংজত্রগা
য়াওরা খোনকময় চাও
শাওজ শায়িয়ে—

( নোম্নি ভৌ )

হাওবা ( করেয়া )—হিথাংওমদাই হিয়াক্তা
মালংবগত্রা কিশিকি
হজবনিদা পেম্না !
খোংও থংওইত্রদো।—

ইমোম লাংদেনহন
খোইরু হনবী।

খোইরু—পম্মো অপোকপা!

হাওবা—নহু নিংথৌ কদাই?

খোইরু—অপোকপা!
খোমলেন তুমগন তাল্লি।

হাওবা—পারিহুম য়াকাইরু—
[ কোম্বু + খোইরু হয়াওবা চংখিহুমা
অঙাং পুরকই ]
পরি চাওদম 'হুম লংন লৈথোকে
মা মাওম্ম কদৌজরনি—
[ অঙাং লৌহনা
চুপলপা, চোংলা ]
হোই-হোই-হোই—
তিং তিং চাওরো
য়োয়মরাই খোংদোর হল্লিটৈঙ
পারি শরেপ তমজরো।
তিং তিং চাওরো
থবানা মপুং কারিটৈঙ
পারি শাংদম চাওজরো।
পম্বোনা পারি মিংথৈখপে
পম্মো পলেম মিংথৈখ লৌ

মহা'ক কোর লৌথিবা
'হাওথিংকোন তকোন লৌথিবা'
তিং তিং চাওয়ো
ফুমিংবা কারিডৈ কাহৌরো
থবিনা চাওরিডৈ চাওহৌরো ।।

'Light off"

---

২ বা

## মোইরাংগী লম্বী

### পাওচেনবা তোলোক চিন্না—

সে—সে—মোইরাং ভাংবা ভাহৌরো
কেপে থংবা থংহৌরো
য়াদি মোইরাং নিংথৌ পাওখানে—

লৌশিনাকুনা থদোংলবা ! নোংমদোন পুংমাই লেপলবা,
চিরোং পাইর থেংলবা, পন্থৌ কমথোন কংলবা লায়রিংলাক
রোইবু রোহেল খুরোল হাওবা কেংনা মুখপানা মুমথুংগদৌরি ।

কেপে মোইরাং লৈমরোল চম্ অপুম্বা ওসি নোংলেন্দগী সিঙুম ণনি ওবদা নবুধৌ কাংলৈ মথৌবুংদা থোংদোয়গদবনি লৈরাংলক্কগী থোইদা লৈপুন লৈখনগনি। মিংথোন মচেক ওয়াদজহোঁ। ইনিংথৌ সোইবদ য়ারানি।

[ চংখ্রে ]

[ কাওবা ঙা পায়ন লাকই ]

কাওবা—হাওবা—! থোয়োল হাওবা !—

মোইরাং লমদমদা হাওবা বয়া ?—

খুঙন লমদম পাংলক

খুমন কাওবা চিংখ্রাও

লমখং পানব হ্নিওয়

অওয় থৌওই উশিন্ত,

অথৌবা খংদ কিদ

মোংব ইরানয়াইদ

লোইরং থোংনাংখা

নমুনা মুম্বুক মুম্বুক রান্নিনা

ওনব কনা, ওঙ্গনিংঙাই ?

মাম্ হাওবা—

ওান—ওাব—থংন - থংন

রাথব খুরৌ চল

চেংলৌ কিকক্কা

কোরৌ শাংশক্রক

খোংদাংনিঙাই লৈশঙক
মোইরাং চহু মহাক্তক
কাওবা কাদি তৈরবা—
হুঁ—কোয়ু—লমকেৎপী—লমহেনবী।
য়ারৌ শাগুষী!
থৈরমসঙ্গু থংনিদো শরিসো—
হাওবাচুয়্ মা কাও
হিনাও শা—
[ চৎদি+হাওবা নিংথিবা কিজোন্দ ডা পায়,
হুই খোংবা চংলক—কাওবগু খেংবা চৎ
মাং থা, কাওবা লাকপদ মাংথা মতুং,
ওয়োকখা পোৎ খুনবগুম লূকখনা থংদি। ]
কাওবা—( শাওনা ) হায় হায়—
মোইরাং মচা কনানো?
কেগে মচা কনানো?
নমিৎ উঙমত্রহে নমুনি
কাওগনু হে?
হাওবা—( হয়া এং নোঙ্গা )—ও—
কোয়ু খনব কাওবানিহে—
সোরাইদ মাংনিংঙাইনিহে—
কাওবা—অওবা ওঈরে?
হাওবা—অওবা ওঈরে!

কাওবা—মানি অশুম ঐ কনা কনা—

হাওবা—মানি অশুম ঐ কনা কনা—

কাওবা—অশুম্বা য়ায়া—"কোম্বু পনবা"

কনা কোম্বুনো অশুম ?

হাওবা—অশুম্বা য়ায়া "কোম্বু পনবা"

কনা কোম্বুনো অশুম্বা ?

কাওবা—ওঃ কনা ওইনি অশুম্বা—

হোংনেমস্থু মযোমলোয় কাওবা

ইয়ানবাই লোয়ীন ওইনা ভাল্লিবী

য়াইথিংকোম্বুনিদনা অশুম ।

হাওবা—উম মাইয়েদা—থয়দা হেক থৈনৈদা ।

কাওবা—অশুম্বগীদি কনানিনা ?

হাওবা—কনা ওইনি অশুম্বা—হোংনেমস্থুম্বা

মযোমলোয় হাওবা 'লোয়ীন

ওইনা ভাল্লিবী য়াইথিংকোম্বু লাভভোনবী

নিভোল লক্নী থোইরকপী, ফুয়ালক্নীশু

ভোয়হেনবী ।—অশুম্বগীনা

লমকেংপী—লমহেনবী

য়ায়ো শাগুবী—

থৈনৈকো অশুম্বা !

কাওবা—( শাওনা )—অশুম্বা য়ায়া লেংনিংভাইনি

যোইয়াংদ—

হোংনেমম্নুবা কয়া
কোম্নু কয়া লৈ ?

হাওবা—(নোঙ)—হা—হা শাওবোইনা অঙবা।
খুমন মোইরাং অমত্তনি
খংমম্নু খংদেদা—
খংত্রবদি তাকপিকৈ

(শাওনা—কিকম শেমনা) কোলোয় য়াবানা তাকফয়ে
চাঙ্গৈনপুং খোনসিরা ?

(কাওবম্নু কিত্তম শেমই)—
খোংত্রেন হানসিরা ?
অঙম অপাম্বা খনজৌ
মিংথৈ শোনা তাকত্তমগে।

কাওবা—( কিত্তম তানা )—হা—হা—হা—হা—
কাওবনা চিনবা
চিঙ্‌বা কুবিরে
কৌরৌ খোংশাপ তাদা
নদোম খোংদোয় হুরে ?
য়াইবী থয়াই বজৌহে।

হাওবা—য়াবা মকৈনয়ন্নু
খুৎম্নু তারেদ তা খুম্নাং চেৎনা পায়
কাওবা য়াইবী লৌছবা
ফুলদি অমম শিংলগে

কাওবা—হা—হা—হুরানবা।

য়ারা চাওরেদা—

হাওবা—হা—হা—মাইথাবা!

তাইবং ভুংওইনবা।

নুজাগুম য়ারা তকদে

তা মাংওইজোহে—

কাওবা—নংহুম হায় হনজোহে

থবাক লোংনা য়াবিগে।

[ হন্দোক্লকুনা ]

কাওবা + হাওবা—কৈ—কৈ—

তনব থৌদাংনি

নোংমদ পোকপা

নিনি শিকদে

নংনা কৈদা হেয়ি

এৈনা কৈদা য়াৎনি

থংনিদো শরিসো।

হাওবা—হায় কাওবা!

কাওবা—হায় হাওবা!

কাওবা } —তা চিননা :—হা—হা—হা—
হাওবা } থেক্ল নোক্ল

[ হোংনেম হাওবী মাইকৈরোযদগী চেনশক্ল.
কাওবা এং মথুং "অনি" থাগৎচুনা থাবা। ]

হোংনেম্—অঙম্বা অনিময় !
মাংলেন মিকুপত পল্লখো
কোলোয় য়াবা থেন্নহৌখিদি—
কাওবা—হায় হায় তু হল্লোহে
নংনা হায়া য়াইবী থবাই
মাংজনি !

হোংনেম
চংশিন্দুনা
কপনা
— মাংনিংঙাইদি অঙম্বা !
—ইরান মতিক চাবা
অঙম্বা নংনা য়ায়েন্নীংঙাইনি
য়ারা কোলোয় শেংলমগে—

হন্না পোকপিবা নহাক্নি
চংজকম ওইবা নংনি
চেনবা য়াত্রবা তাইবংনি
থংনা কিবা নমুনি
য়াইবী অমা প স্মুবা
য়াইবী অহুম মাংদোরে
অরানবা পুম্ব ঐননি
হন্ন মুক্ত য়েংজগে
ঐগী য়াইবী লোইচনা
নখাইগোন্দ তাংলবী
মরাল লৈজদ অপিখকশিং
চরৈ কিগাও য়াজগে
অঙম্ব খোঙান তাঈজরি ॥

[ কুম্বরা লৈখি ]

কাওবা—তারিমা অঙম্বা !

কাওবনা মরাই চাইরকপা

ভম্বা শরুচহৌরোহে অঙম্বা !

[ হম্না নিংবা কাইনা চৎখি ]

হোংনেম হৌগৎনা } —ইমোম লাংলেন।
কাওবা এং কপনা } পম্বৌ ম্নাইবিদি

ইমোম্মা কোনখ্রে।

ইমোম ম্নাইবিদ

চিঙুনা কুবিসম্লুকো ॥

[ কপনা এংখি

হাওবা মকম থংদনা লৈখি ]

**Light off**

---

ও বা

# কাওবা মরানয়াই

কোম্বু ( য়াম্ন তপনা )—কোয়ৌ কাঙমমবা !—

রাংলেন ভব সিঙ্গুমনা

লোইনাম পন্দ কুমজানা

খোঙাইনগ্রে নমু-ও !

চমু লক খোইরম্বী !—

মুজা য়োম্রহেন নিঙোমনা

“ওক” মিংথৈখ্রে তাইবাও !

—তরং লাইজ ইয়া চেন

খিডেন লাইজা ইনম খাই

মুৎওম্মরোই—"ওক্রবী"

পায়মা মুংশী খাবীনা

মানজা মাশী মৈচাক্লা

চাকওম্মরোই—"ওক্রবী"

হঁা—ওক্রবী—

হা—হা—ও—ক্রবী—

হা—হ—হা—হা—

কোমু ওক্রবী !

হা—হা—হা-হা

য়াইথিংকোমু ওক্রবী !

হা—হা—হা—

মচুংলশী খোম্থাং-ওক্রবী—

[তাহুনা কোকপা খংলেপ লেপ]

কোমু খয়া শাওনা—ওক্রবী ?—ঐবো ?

কনা কোলোয় য়াবানো ?

হয় মুক পাওখুমখো ;

ছুরি খুৎনা পায়

ইমু কিরাক থায়

নঙ্গিং পেয় উহনগে

পায়ম মুখে ওক মমি তাক্সা !

উব—এংদ—উদব নমু্ন

তাক্ত'—থংদব তাইব'নি ।

তাজহো—

নিঙোন লক্ত চিংঙিটৈ
খোয়দা মানজ কাওবদ
হুংশি য়াইবী কিশিনজ্রিটৈ
পম্হৌ মিংলাং কারল চন্নক্তা
থম্নম নোংদম খোয় কনবনা
তাইবং ভুংওইননা খোংদাবা
মীচেংনা খোঙাইনরক্ত
ঐদ নও ইযোম—পারি_মাও
পাম্মু—হুংশি মিংলাংনা কোনবিবা ॥

এংজহো—

মোযম্নু লাইবক চাওবীনা
হুন্দকী নোংদনথীব লাঙোন্দ
মুং—পাল বিংলাংনথিবা
অমাং শকক য়াওরম্নবা
ওসি নোংলেন্দগী হেন্দ
তাইবং লাঙোন থাগ্রপে ।
পায়মান্নু অমকপা নৈত্রবা
লাঙোল 'সিদ নক্তনা
তাইবং লাঙোল থুদিংদ

মাইথিংকোম্ন থিংথৈ মাংদবা
চিঙু লায়না কুবিনি ।।

কাওবা (শাওনা চংলকপা)—হায়—হায়
কোম্বু হাইবী ।
নপাম লমদম
থাম্বী মৈ—হৌহৌরেহে
থাম্বী মৈকনজহৌরুহে ।
তম্ন মোইরাং পাংথোংহে ।
[ ইমুংদা শাওনা চংথি ]

কোম্বু—থাম্বী মৈ হৌবা—
ইমোম লাংলেন ।
নত্তনিংথৌ পুরকউ
পলেমগা মোইরাং
লমদম পাংলসি ।

কাওবা ( ইমুংদগী শাওনা )—হায়—হায়
নযোম চৎকদবনিহে—
[ খোইবু মপওরা পোক্নুনা খোয়বই । )

খোইবু ( কিংনা )—তম্না খোংপাপ তালহৌসি পলেমও !
[ চৎনা চৎনা কোম্নুনা মচা লৌগে তৌবা ]

কাওবা ( খোরক )—হা—হা—হা—হা—হা—
[ খোইবু চিংথোক্না মতুংদা থম ]

খোইবু—ইমা !—

কাওবা—হায়—লমহেনবী !

কাওবদা অয়ৌ লংজম্

য়িংলাং রাংমা লানখ্রো

চেংলৌ শক্তমচু এংনিংদেহে—

· [ কাওবা থোইয়ু ইনশন, খাংই ]

থোইয়ু ( হয় এং )—পলেম নদোম চংকেরা ?

কাওবা—ছ্রামন লৈয়ুহে—

[ ইাম্ল ]

থোইমু—ইমা—পলেম নংবু

তাদরা—ইমা—

কোমু [ খত্তুনা ]—অওয়া ! পারি ইমোম

অনি'সদদি চরৈ কিগাও

শামা নিজগেগবা—

কাওবা—হা—হা—হা—

কোমুনা চংজবা

লোইদাম করা

কুমজা করা

ইথোই ইচাও কায়ম্বী

কাওবদা চংজবা

য়াবিনিংজাইনিহে—

নিংথি কক এংবিরিটৈ

নশাবা খংবা হনজহোহে ।

[ কাওবা থৈনা ইয়া
পুবা খোইয়ু "ইমা"
হাইনা কৌ ]

কাওবা—লমহেনপয়ুহে—লমহেনবীগী মচা !

খোইয়ু—ইমা ইমা পলেম ইমা য়ুংশিবী !

কোয় ( থত্তুনা )—অওয়া ! করোগে –
অথোবা নপা ওইবে নরানি।

কাওবা—করিহে মোইরাংচয়ু লমহেনবী।
চৎত্রো—য়ারা মথক থং
ন গী পন্থোনা চ'জবা
ক'ওবা ঐনা এ'বিবা
থৈ থৈ য়াইবী ওইনা
হনবীগে –।

[ শাওনা ইমুং চংথি ]

খোইয়ু
য়াংয়া কিংনা
ইমুংদা মমাদা
এনো
— পলেম নংবু চেয়োবা
—য়াইবী থরাই মাংলনি
নমে'ম পা'য় এ'লয়ু
চিঙ্ থাংজিংনা কুবিনি।

কাওবা ( ইমুংদা কিংনা )—ইদাইরেমশা ? ঐগী
খুৎসু তারেলদি ?

[ ইমুংদ পোৎ থোংবগী মথোন ]

খোইয়ু—পলেম নংবু তারিত্রা ?

মাইবী থরাই কমবা
মালং খোংগাপ তানশো—
কোহ (কোহনা ফিংনা)—ইযোম লাইবকচাওবী।
পলেমনা কমমনা নছনিংথৌ
চাওদবগা—বমক থুবাক্তা
থনমনা—পারি—ইমোমবু
তুংওইনসিগে !
থোইমু (মমা চিং)—পলেম নংবু চৎসিনে
থুনা খোংদোম হুনহৌবা
মাইবী মাংবনা হায়নী।
[ থোইমুনা চিংনা থুনা চৎলি—কাওবা
থোরক্লা—তা শিংহনা— ]
কাওবা—নৈরম্মু থংনিদো—
থোইমু—ইমা— [লেপনা এং]
কোহ—লাংলেম [চেনবা]
কাওবা [তা লংনা]—আ—হা—হা—হা—
কোহ—ইমা—(চেনখিবা)
থোইমু—পলেম ইমা লুংশিবী
কাওবা—(মচিন্দ ফুহনা) তুমিন নৈয়ু—
থোইমু—ইমা—
কাওবা—ইমা ! নংগী পলেমগুম
তানা লোংউবা ?

[ মণ্ডক লাক্ত ইন্দুনা পু—থোইনু
"ইমা—পলেম ইমা" হাইনা ইমুংদ
ইনশিন্দুনা, থোংঙাশনপা। ]

কাওবা ছুংঙাইতনা হক্সৎ হন্দা চৎনা :—

হু —ভানিংদা—নাকোংশিংঙা ফু—
হাই—ইদাইরেমশা!
সমু থোংবা নেৎ
মন্না কিবুন নমউহে—

[ ইমুংদা থোইনু কিবুল নম্বগী—ই—মা—। ]

কাওবা—খংনিদো—

তন্না নামা তম
শমোক মদ শেন্নগে—
নাইরুপশিংদ চন—লাক্সগে— ।
ইথুৎ মরু হাংপ—হাংপিরোই ।
নমু মীনোক চংলনি।
চাদ মক্ত না
মাইবী লোগে—।
হুঁ—লমন খুননিংঙাইনি।
থংনা—থংনা—উনা—উনা
হান—মানা পাম্বীদ—ঐতনা পাম
উম—অপাম!
নংসিন্ন—তকনিংঙাইনি

অপাম্ হিরি চিং
অপাম্ হিরি কোন
নমু লক্ক চোপনিংঙাই
তাইবং লক্ক পিনিংঙাই।
কৈ কৈ—মা মানদি ওম
ঐ—করি ওমফরোই।
হৌনৈনা—
চংকম চাবদা চংজবা
থৌহুমংঙম ঐদমু থোং
মপা মাইবী কন মা কাও হিংজরি।
খংনিদো শরিদো
মপারী মমোম মাইবী দো
কল্লক লমন থুমনগে
মখোইগা হিক্র হিক্র কপ
কাওবনা খেক্র খেক্র নোক
আ—হা—হা—হা—হা

**Light off**

---

৩ বা

## খুমন লম্বী

কোমু হম্ম এংনা থোরক্ল—ইথোম লাংলেনহন

পাম্মি চাওদবা ! করম্না তুংওইনা

পলেমবু মালং থোঙাপ তানজমসিগে ?

লাংলেন থোইমুহনবী !

পলেমনা ইমোম মিংথৈবু

নহুনিংথৌ কপ্পনা

পলেম য়াম্না তাজ্রবোই ?

"অকৌ ঈথৈ"

লোল ওইনা—

হা—থোম্মুহনবী ! ইমানা—

পালেমগী য়াইবীনিত ওইরিবী !

ইমোম লাংলেন পুকফবী !

নহু নিংথৌ চাওদবা

সমু নমদা পেংহনা

পলেমবু চিংনা এং

তরং লাইজ ইরাহৌ

মপী নৈতবা শনাওঙম

কপন লাওনা কৌবদি

য়াম্না পেম্না খুম্মমদরেনা

পকেম্না—

লোন—হূঁউম—ইমোম চেংলৌ এংখিনি
পারি খোয়াং ইনখিনি—
[ চেনশনখি ]
[ পাম্বোইবী নোম্বিনা চংলক ]
"অকৌ ঈশৈ"
হা—খোইনৌ ইতা চায়বী
চম্পুলক্ষী য়োক্লেনবী
থৌফাং নথৌ কাওবরা শায়োনবী !!
হয়া খোজাপমক্তনিস্ন ভানকদে
নখোইনৌ পাম্বোই ঐনা কৌরিয়ে
খোইনৌ নংবু-ও ভাদবরা ? ইত্তায়োই
চিঙ্ক লিলা শোইকদে
ও নভিক নত্তেনা তুংওঈবা।
কোয়ু ভাওনা ⎫ —ইমোম কোলোয় থুংশিবী—
থুংভাইনা ⎭ ( কপ্পা )—"পলেম নংবু য়াগফু
পলেম য়াইবী মাংগনি
ইমুং তৈনা ভানথ্রিবৈ
মোইরাং লমলম পাং
নমোম য়াইবী মাংদনবা
নপারি থরাই কয়বা
থৌরাংবিরো পলেমও !"
[ হয় এং ]—হনভমদেনে পলেমনা কাওভমদেন—

লৌশিং চাওবী ইমোমও !
কয়ম কোয়ৌ খোঙ্গাপ ভানসিগে ?
হুঁম্—ইমোম য়ারা কনানা পাম্নি চাওদবা
খোমলাং মায়োক্ন'বনি
ইমোম চেংলৌ য়েংখিনি
পারি খোমলাং ইর্নাখিনি।
কোম্ব খোং কোক
এংমা } —খোইনৌ নংবু কনানো
ইস্লুং লৈনা খোংবদ
কদাইদা খোংদোই হুল্লিবা ?
প াম্বোম্বৌবী [ ফুংওইনবা ]—হা—হা—
খোইনৌ ন বু কনানো
লমদম কৈদা লৈদুনা
লৈবাক ইরাং ভাদবা
হুয়া ওইনা থৌজাদবরা
মানজ লৈনা থৌঙাইদবরা
ইবিংথৌ য়ারা পাওজেয়া
কেপে মোইরাং লৈমরোল পুম্ব
চাকয়ৈ মিংশেল থাং
য়াদি মোইরাং লমজুশিং
নিঙোম্ব লিংন চাইনা ওমদা
ইম্লুং তৈবা ভাইনরি
হাওবা লোম্বীন মতাংদাং

কোমু ( খংনো )—হা—ও—বা
তা—লো—ম্ব
পাম্বোইবী—উম—উম—হাওবা
খোয়োল হাওবা অঙম্বা !
[ পাম্বোইবী কাইদ চংখি মোক্মিনা
কোমু ওকনা লৈকম খংদনা
লৈচৌই । ]
কোমু ( তাংব ওমদা )—মানজনিও—নহাকপু
শোই—দ—বরা ?
খংকৌ—খংলেন—মানজ—লোমুম্বা ! —
থম্বা—সোই—দ্র—ব—দি ?
চাক্ক—হঁা—
হঁা—হঁা—
হঁা—হঁা—হঁা
( নোক্ক হাম্বখি )

**Light off**

---

৫ বা

# মাঙ্গোলমচি

## লুংদাং

থল্লানা মচি অমদা খোইরু মচিন মওপল্লা তুমই
কোম্নু পাংখোকলাদা খোমলাং পুরক্লা তপনা
কোয়েং য়েংনা চংলক্লুনা মচাগী মনাক্তা থম্লগা

কোম্নু ( কপ্লা )—হুঁ—ইমোম লাংলেন ! নহু নিংথৌনা খোম্লাং
থিরক্লগা, ইমানা থনম্বা খোম্লাংসে
মায়োকনৌকো ইমোমও !
[ মীখোন তাঃডুনা চৎখ্রে ]

কাওবা—হুঁ—হুঁ—হুঁ
খোমলেন তুমগন হুম্নিংদ্রে
মিং'সি ককলা 'মতা তুমম্নাদ্রে
পায়ম লুংদ থাম্বি মৈহৌরে
য়েরু "লাইজ ঐ" থিক্লুনা
লাক5 থাম্বি মৈমুংকে—
কাওগুমদেদা—লুংগনবী ।
থাংজদ বাওরা কাওবদ
কাওবগা মহি থনমদ
পম্বো মিংথৈ মুথংনা
অতম্ব কোলোয় মিংথৈহন ।

ওমইহে—নমু চিঙ্গাক ওঙ্গৈদৌবী
হিংচাবী—!
মানা ওমনা, ওমনা
কাওবা অওম্বা মিংলাং লানথিবা।
থংগুমত্রেদা শক্সিসো—
য়েক্ল ঞ্জ থক হৌগে।

[ কাওবা কৈজুম্প, মখোংনা ক্রং কাওখোক্ল
পুখুমদগী তা তাপ পাইহুনা থোইবু
মনাক্তা চংশিনবা ]

থোইবু ( মংদ থংকৌ )—ইমা!—
ইহুনিংখৌ কৈদৌদে
পলেমহুম থরাই হিংনবা
হোংনহৌ—
ঐদি তরা রান্দবু লাইনে পলেমও!
ইহুনিংখৌ চাওদবা খোম্নাং
মায়োক্লনিংওক—
উম—উম—তারে ইমা!
থুনা খোঙ্গাপ তানগ্রো
ফত্ত কাওবা তারনি।

কাওবা—হাঁ—হাঁ—হাঁ—
ফত্ত কাওবা
নংগী অক পলেমনা
কলহন্নুহে—

খোইম্বু ( ফুক হৌপং তঙক এং নোক্ল )—অওবা !

শমোক ঘদ খেম্নিংঙাই মতম ওইরবরা ?

তম খোদাপ তাল্লে'রা ?

কাওবা—ওইদবদিহে—

নাইরুপ্ত কনা লৈত্রে

মা-মাগী মখোঁ পাইখৎত্রে

নখোঁ মাংওইনা চৎচরোতে ।

[ কাওবা হম্না তা থম কমু'দা চংই । ]

[ খোইম্বু চ'কথুম ক'দা চংই ]

কা'ওবা—হায় খোইম্বু হাইবী

নদোম কনাইদনো'হে

নৌপা পুখো—কপ্প ত'নিংদে ।

খোইম্বু—অওবা ! ইদোম চৎলোই

তরা চয়োম যোমথিপে ।

কাওবা—করি—কনাইদগী তরাচ'ক ?

খোইম্বু—ইহু নিংখোঁ শুম্মিডৈ

খোমলেন ফুমগমথিহুনা

তরা চাকলেন চাহে'দনা

তরাচয়োম পুক্সমজপে অওবা !

কাওবা—হা—হা—হা

মুংঙাইবিদ শরিসো—

নংগী পলেম ওকুবীনা

কোৎত্তা ফৌদমলম্বরা ?

ভরা চেক্কেন রালম্বরা ?

কনাগী ভরা চাকলেয়ো

নশরুক ভমদোমহত্তা

জাওবা ভঈদা কররগে ।

চৎলো—মিৎলাং হপানরম্লুহে

[ থোইবু থিরু কপ মপওগী মনাক্ত চংহুনা ]

থোইবু ( কপ্ল )—ইহুনিংথৌ !

ইচেমগী সমুনমদা থোমলেনহুমগন ভাল্লুকো—

লায়বকচাওবা !— পালেমনা থনগ্বা থোম্লাং

মায়োক্করগা—ইচেমগা শমোক-মল শেল্লসি ।

[ পশকে ত্তৌবা, কাওবা কাওথোক্তুনা ]

কাওবা—হা—হা— পালেম থোম্নাং—চেংলৌহু এংঙমদেনহে

মালাংদা মায়োক্কক চৎলু—

[ থোইবু মপরা পুহুনা কিনা চৎরে । ]

হুঁ—হুঁ—থংনিদো শরিসো—

লাক্লগে—রৈন কাক্রম শানগুব

রৈন থোংগোওনা লাক্লগে ।

য়াইবী লৌগে থৌরাংবা

মিকপ্পনা হানথরে—

[ থাইবু মপর পোহুনা কিনা এংবঙমল এং যোঙ্গৌ যোঙ্গৌ চৎলকই ]

হায় কদৌরেহে—
খোইম্ব (কিনা কপ্পা)—অঙবা—ইম্বুং সারা তৈত্রি
নমু কনা মিকপত্রি
খোমলেন ভুমগন তানজরোই
য়ায়রেক মিশেল খাং
ভম্ম খোংদোয় হুপ্পগে
কাওবা—চৎলু—খাংগে—খাংউ
খাংওই তোকচো—
ইয়া লমহেন শাই—
( চৈ থুপ্নুবা ফুবা ) শক্তোন্দ চৎলু—
খোইম্ব—ইমা !— পালেম নংদি
উদবোই—রারেদকো ইমা !
কাওবা—হা—হা—কো—নমাওক্তবীহ্
খোইম্ব (অঙাং তৈথহুনা )—অঙম্বা ! কদৌগে—
ইহুনিংথৌ শোকপিম্ব—
ইহুনিংথৌ চাওদবা মহুক্রা
ঐভোন্দ চৈবী খেমখেংনাবম্ব ।
কাওবা—নংম্ব—ফুনি
মাম্ব—ফুনিংঙাইনি ।
চৎলু—
[ফুই—খোইম্ব—"ইমা পালেম ইমা
পালেম অপোকপী" হায়না ফুনা ফুনা
কাওবা খেকনা নোক ইপ্পুনা পুশ্লে

"Light off"

---

৬ বা

# মোইরাং লম্বী

[ শাবী থয়া মখুৎনা মখুটি পুন
রাথন তৌনা কয়ই । ]

শাবী ১—পাভাও ! মোইরাংসি পালহৈত্রে
কেগেদা লৈহৈত্রেহে ।

কৈনোনে মখোইনা তৌ শাম্মিবা
ওমই অওবনি সিয়াও ?

অওবা মানা পাম্বা কনানো
মোইরাং চাওই—কেগে রাত্তে,
লৈরাং খোয়দাবা হেক মখম্মুদনা—
মচুদি নত্তা—
কনাগী খোংতেক মিংতাং থাক্ত—
চুজা পুম্বা কংলৈ মখোবুংদা
লোইনা পুলহল
[ মরাইবক্ত খুৎভুমনা শুহুনা ]
চাকইদহে—

শাবী ২—পাভাও নংসি ইসৌ লাংথ্রেদা
ভাগে হাইনা ভাবু
ভুমিন মরৈম্বু
নচিন নরৈ ককনা মারা

শাবী ১—লৈওশ্বিরও—?

অহল লম্মন পাওরৌনা

লৌরি য়ুধকম কা

লোইমনাই ইচা কা

মংবু লৈওম্বিরও ? চাকত্রও ?

শাবী ৩ (বোরূা)—মহ্ যৌরদি নোকে হা—হা—হা

মাবা নংগী ওঙ্গম্ নস্তা

নিঙোননিনহে নিংগোন

শাবী ১—মহুনবু স্থক কম্ন

শারম খাম্বী·ৰৈম্ৰ মৈ ৰৈরাইবনে—

ইয়ুম :মাংব ইরানষ্ণাইনবু লৈ

শাবী ২—চায়ঙমদনা—হাওবা মানা পাম্বির

হম্নকমিংঙাইনি নস্ত'

ওমই'থৈ ঙাই—কা—হা—মাং—

থুজাই কাই—

স্বক থোঙাইমঙমচ'

ম্বংশি লাইজথিক্লেন চাই

শিঙেল লৈথোং শংথৈশং

লৈষাং মপুং কারশা

মকৈগী থোইমুনা

লৈরাং ওমনা পাইরক

উম—চমদগী তোবশি—

মশা ওংমিংঙাইনিকে পাতাও !

শাবী ৩—মহৌশাদি ওসাইনা
কোয়ৌ চাইথনিংঙাই ওইরে
ওসি নোংলেন্দি
( এংখংনা )—য়োয়ময়াইসি খোংদোম
হুনওমদবরা ?—
(হম্বয়কপলা উবা)—হায় হায় পাতাওশা
হেদৌ হয়াও কাজয়োহে—হা—হা
মুংশি লৈময়োল পুবা পাম্মু মাইকৈ
পাংলক্লে—
[ ময়াম মুংঙাইনা এং মমাই তৈথোক্লয়ে
মফি ময়োন কস্থোক্ল শেম শা। ]
শাবী ২—পাতাওশা ! শানৌ মদৌ এংসি
হয়ুহে- [ এংনা এংনা মথুং অনিমা অনিবু
ভিংতোক্লা ইয়া ভুংহয়না চংপা ]
শাবী ১—পাতাও ! ঐগীবু য়াওদবরা ?
মুংশি চেংলৌ উওমদেদা—
শাবী ২—ঐগীকাও ইয়ক্লদা
নংগী করি লাকখদে
চংনিংহুনা চংচবা শকথিবী
পেয়া থিনহুম চৈহৌ।
শাবী ১ } —নংনা কৈদা হেন্দুনা
মুংঙাইতা } ঐগীনা কৈদা ষাং—ফনব খুদিং

মিৎয়ানবী মাইথকপী ঐনি থংদ
মী'নি থংদ 'তুমদি কহেনবা ?

শাবী ৩—হোইনে হোইনে নংগীন মহেন্নে—
লাকুম লাও—"কাওনিংঙাই ওইবী
ঙাক্কে"—[ চিংছুনা পুরে ]
[ শানৌ ময়াম মরি মরি লাকই ]

ফুংথংবা শানৌ ১মা—ইখোইনৌ !
মোংব ইয়ানয়াই করম
পাংঙমসিগে ? চেংলৌ কিরুক
থুম্নিংঙাইনি। লৈক্রকপা লৈরদি
চংজনিংএদা !
[ শানৌ ময়াম লেপতুনা ]

শানৌ ২—ইকাইবনা য়ুমলৈময়ুক চাও, চেনবরা ?
মবেম্মা 'খোঙ্‌গম পামদশাই—
মাদ মাংনিংঙাইনি মাবু হেনব তনবমা
কেগে মোইরাং পাংকোমদ পিক
থন লৈ।

শানৌ ১—'হুবু ঐবি ইখোইনৌ কনহুম মুংশিজৈ
য়ারা কোলোয় খোয়দাজৈ
নিঙোল অচুক য়াম্বু
মিচিনা কাও কেং এদ
কৈনো মাগী য়ারাহুবো—

"ইচল-ইমোম অপুম্বা
লমজাবু থোইখা লিনখা থাবিয়ু
ইনিংথৌ কোলোয় লেংদব
চয়ৈ কিগাওশা য়াজব
তম্ন লমজানা হঙনিংঙাই ওইজবা
ইনিংথৌনা কুথিনি।
নিঙোল য়োহেনবী কনাবু
লোয়রীন ওইজবা, লমজা ইত্তিক ওইজমদে।"
সিবু নং ঐনা হেনবনা
মাম তম্বজদ, মুংশিগ্রাও?
মুংশি হায়হুনা তনবা মানদি তমদ
শানৌনদি য়ত্তিক ওইত্রেদনা।

শানৌ ২—ইখোইনৌ কোমুখোইদি মশানা
য়ানজ থিজথি কৈদৌই ঐখোই
নিঙোন হৌমিম্নবা কোহুদি মপারি
মমোন কংগ্রে—নং ঐনা—
থোংনা থোংনা চংদুকাও হয় এংবিত্রে!

শানৌ ১ }
শাওরপ } —মুংশি কাহেনবী মাগী য়াবাবু
কদৌগে ইত্তানবু পামলবদি কোহুদৌনা
হয়া পাওমেয়রুদনা?

শানৌ ২—ইত্তামু য়াবা পাওরিনবব।
নং ঐগী কমি য়াংনিংঙাই।

ভনব অমা নহে অমা
কেপে যোইরাং চাওই ।
অমগীদমক মাংনিংঙাই ওঈত্রা.
ইত্তাসিদি ?

শানৌ ১—হো—অহুনি ইথোইনৌ
শিঙেলগী হৌবশা
য়াইবী চাওনিংঙাইনি ইত্তা !

শাবী ১ ( মুরমা )—হা শিঙেল য়াইবী চাওবীও !
থোইমু করি ওইসিগে শানৌও ?
অঙম্বা কমথোন কারকপরা ?
হাওবী মিংথৈনরকপরা ?
লৈরাং নংগী নশুংলাং
থোইমু শাগল তেকলেদো
থোইমু রাওবী লৈরাংও
পাইশল্লকসি পাইগুমদা
পাইথোকখিসি পাইগুমদা
লোইদাম থাজ কয়াবু
পাইথোপে লৈরাংও
শাগল তেকনিংঙাই ওঈরেবে
মুংশিবী !

শানৌ ২—তেকনিং তেকচৌ
পাইনিং পাইজৌ

ইকাই শরুক থুংদেনা শরিসো।

[ কেং শাও চংথি ]

শাবী ১—উম—টত—টত—টত - আ—

শানৌ ১—হৈমা মদোমদ—

অত্তাও লাইচুবরা

[ চংলি, শাবীশিংনা থং ]

শাবী ২—মাইবী চংনিংঙাইনি শানৌ ?

মাই মদৌ তমনিংঙাই ওইদে।

শাবী ১ য়ানা—ফানিংঙাইনি পাত্তাও

ঐ অমা সোঙ্গয়স্থ

অটৈ সোঙ্গকদে—

শানৌ ২—হৈমা কিজরেনা

শানৌ ৩—অত্তবা নিংথৌ কাওবিবরা

কিদেনা মোইরাং তনবা।

শাবী ৩—কিবা য়াজ্রেনা শানৌ।

মা মাগীদ সোইদনবা হোংনরে

ফাংথ থাং ওইন কিরিটৈ

সোঙ্গরেনা করিনো ?

শাবী ১—উম-উম-উম-থাকদে তমইমকদে—

শানৌ ১—কমদৌসিপে খোইমৌ ইত্তা ?

শানৌ ২—খোইমু মাইথা হৌনশা।

থংজ্রেনা ইত্তা।

শাবী ২—থংবিনিংঙাই লৈরাংনি
খোইমু অতৈঙম থনবীমু
নোংম পাঙৈরকপা লৎপদা
শিঙেল ঐগী ওইঙমজেনা
করিনো ?

শাবী ১ } —চুমই পাঙাও !
শাওনা }
শিঙেল মতা চাবে
নিংথি কজ হেকনিংঙাই ওঈদ্রে,
চেনথৎ হেক থৎলগা লোইরে।

শানৌ ১—পায়মা করিগী খোইরাংবা ?
মলোম লৈনা ঙাংববো
অপাম মুংশি কদাবু
খোঙাই মতম নাইবরা ?
খোইমুনবু খোয়দাবিরব।
শিঙেল কনাগীদনকনো ?

শাবী ১—হো চিকনা লেমনা ফজনা
শিঙেল নতিক চানা—লৈরাং ময়ম মুংশিনা
শাৎলো ঐখোইস্থ ঐ ঐনা শুবা
মুংশি লাইজ থিকনা তপনা ইংনা
চাই শিঙেল মরেপ তালহৎনগে।
লৈরাং মকা ফজহনগে।
অদুদি নঙা শাৎ'লম্মিদো হাঙৈদনা
কনাগী কোলোয় য়ার'নি·দেনা !

মালংনা হম্বনা খিত্তা
লৈরাংনা হাইবনা লৈমাই খেং ।—
তৌনে। লিরি খোইরিনা—
তোররিংবী তালোরশিংদ চম্বা
খোরদা তনব খনজোস.—
[ শানৌ ২ মখুৎনা মশাদ শোক্লহনা
লোম্না খংনহনা । ]

শানৌ ২—হুংশি নংবু তারিবরা ?
পাম্মু নংবু উরিবরা ?
নিঙোনচা ঐখোইবু
পলেম পম্হৌনা
খোঙ্গুন লিয়ক, মুজাদ নত্তনা
পাম্মু য়াওনা য়াংদৌ লমখাংদ
চেংলৌ ফিরক খুমনিংঙাই ওইনি ;
মোংব ইয়ানয়াই তমনা খোইমু
পাইবিরকনিংঙাই ওঙ্গদবরা ?

শাবী ৩—হুংশি খোংদোয় হনবিরো
কাওনম্মুসিকো পাম্মুবী !

শানৌ ২—হুংশিবা । [ চৎখি ]

শানৌ ১—পাম্মুবা !
[ শাবী ময়াম নোক্ল হুংশি
এংনা লৈহৌই । ]

শানৌ ( মসুংদগী )—হায় নাইরুপ্ত ভিনগদবা
মালং মাংওইমবা
ফত্ত য়ারা তাদ্রিটৈ নদোম
ভুংহনজহৌহে, লৈরক শা !

শাবী ১—নংবুরা ?
শাবী ২—মাবুরা ?
শাবী ৩—ঐবুদি নত্তেকো

( ওনসন্না অমনা অমদা মথং মথং )

[ শানৌরোমদ মুম্না এংনৈ ]

শাবী ১ ( শাওনা )—হনগেদা মোইরাংদা লৈমরোল রাত্তে
ওসি নোংলেন্দগী মুংশিরোই ।
( লাওনা )—খুৎহৈনা শাবা লৈরাং মানবী !
মানবদগী হেন্দবী !
মপু নাইদবী !
নদোম ডরাহে—[ শাওনা চৎখি ]

শাবী ২ ( রানা )—থোঙ্গুন মুৎখাবংভাই ওইরবরা ?
ইস ঐদি মংলায়রেদনা [ মকোক্তা মখুৎ হাপনা চৎখে ]

শাবী ৩ [ কপ্নীংনা ]—ঐদি—ঐদি—য়ারা লৈত্তে
নং নং নিংভম্মোইকো—
[ ফিংনা মমিং তৈথোক্ল হয় এংনা চৎখি ]

---

**Light off**

# খুমন য়াংবী+য়াঙ্গোই খোংনুং

## লিক্লাং কারোং "ভুরেন্"

খোইমু নপওয়া পোম্বনা চৎপ ওমদ চংলক্ল ইশৈ :—

কণ্ঠনা :—

হা—হাদ পলেম-পলেম ইমা পুককবী
হুংশি মিংথৈ পলেমও !
নঘোম লাইবক চাওবীন
হয় হয়মক্ত কৌজবা—
পলেম নংবু ভাংত্রবোই
হা ইমা ! কোলোয় হুংসি
পলেমও, লমদম কৈদ
পাংলগা পলেম চেংলৌ
উজনি নপারি নঘোম অনিনা
কৌজরিনে পলেমও !

লোল মানা—পলেম নংবু ভাদবরা
নপারি চাওদবা লৈহৌরি
পলেম ইগ্না কাওবরা
ইহু নিংথৌ চাওদবনা
খোঙ্গাং মায়োক্লবণা
ময়োমগী খুংলাং চুপ
পাম্বোম মরু মক্ত লেক
লায় হিক্ল কম্পনঃ
নমোম খুদাং পিকয়াই
ইহু নিংথৌ চাওদবনা
খোঙ্গাংনবাদি কংদ
নমোম চেংলৌ চিংনে এং

হিয়া হিয়া কপ্পসে
পলেম নংদি তাত্রবোই ?
ইছুনিংথৌ ! মচেম খোঙ্গাপ তানঙমম্রে
বাংলেন পুজোইমুক্তং পোথাসি—
[ য়াম্না য়ানা ঙমদনা কথা মপওরা থা ]
ইমা ! হো—ইমা—
পলেম নংবু কত্ত কাওগী তারেলদ
য়াইশী থবাই মাংত্রবরা ?
নবোমস্ত য়াইবী থবাই মাংদৌরে
নপারি ইছুনিংথৌ চাওদবা
কনানা লাজোনবিহৌনি।
ইমা—পলেম ইমা—লাইজ থরাদ—
লমদম কৈদ—য়ারৌ কদোম
লাং—যোইবাং লাইজ ইশিং—
পলেম ইমা—ই—শিং—ই—মা—ই—
আ—আ—
[ কৈ খোংবা ]
[ কোএং এংবদগী কৈ উছুনা কিনা
থংছুনা বাস্থপ্রে। ]
[ কৈনা ওস্থোক্নুনা নোম্মি নোম্মি ]
পাস্থোঙ্গবী হী হোম্বকুনা হৈথে :—
হাদ লমলেম্ম ছুংশি লম।

হানৌনা মাই মাইনবু কাবা লম
হুপনা শিংনা লোনবা লম
পুলৈনা শাবুক মৈব লম
ভৌনা পোপ্‌ভেক লৈবা লম
লৌবুক লমহাং সংবা লম
খুমন ম্লাংবী লোননা লম
নমবুল তুরেল চেম্ব লম
য়ালোই খোংজুং মিংথৈ লম
নম্বোল তুরেম ভিল্লব লম
নমবুল—নম্বোল অমি ভিম্ন লম
ভক লিক্লাং মিংথৈ লম
লিক্লাং কায়োং মুংশি লম
লিক্লং কোম্ম শাংনা তাব লম
লোক্তাক ইথক পবান
চিইজ মক্ক ভেংমন
অয়াংলম ভপ্প হিংহোন
লাইজ ইরাক ভমদবনা
ফোংনে ইপাল লাম্ব লম
খুমন চাংজো অয়াম্পা
চেংথৈ চিক্কা পাম্বোম্ম ঞৈনা
খোংদায়রে ইলোমনা ।
মোয়রুকলেলো—

ওঁ মোৱকলেদো—চুংশি লম

ও—নি—দে—

হা—লাংলেন নংবু—ইমোম হায়না মিংথৈপে পলেম্না

ইমোম লাংলেন খোইমু—হনবী

পলেমনা মিংথৈববু তাদবয়া নংবু

হাদ খোইনু হনবী তাবরানে ইমাদ ॥

খোম্লেন অরা মিকপ্নো

নচুনিংথৌ পৌখংলো

পলেম নাক্ত লাকচরোনে ইবেম্মা।

চুংশি পলেম ভমপাকলাং

পম্মৌ মাগী খুবাক্তা

লৈরাং নংবু শিন্নগে

হাদ ইমোম—খোইচুহনবী লাকওনে ॥

খোইনু (রামা কিংনা)—ইমা! পলেম অপোকপী।

[ কোয়েং য়েংই ইশৈ

তাবজা নোম্মি মপওরা পু

চিথক্তা কা পাম্মোঈবীবু মুম্ন এংই—

পাম্মোঈবী ঈশৈ—মথং—

হাদ খোইনু হমবী লাকওনা

লাকও লাকওনা ইবেম্মা

পলেম খোজুন লিবিগে

পম্মৌ খোজাপ তানবিগে ॥

খুমন লমদম ভুংওইনা
মোইরাং লমদম পাংলনি
লাইজ ইচেন ভুইয়া
চিঙ্ লিলা থোগননা
পলেম পম্পো তমপাক্ত
মচিন নপ্া পোথারো ॥

( হি হোয়া চংবে )

কাওবা—( ফিংনা চংলক )—হাইস—লাকচৈদ শম্নিসো—

কাওবা মিৎলাং য়াংমা লান—লমদমকৈদা পাংখিবা ? মমনা থোমলেম ভুনগনতান-নিংনা-নিংনা মঙমশাঙ্দ। কোয়ো নোংমম্ন তারেল মাংবা—উম চিঙ্ লায়না কুবিবনি। নাওয়া কাওবা খুত্তা য়াইবী মাংলদি তাইবং নোক্ল চংলনি—মাওয়া লমদমকৈদা পাংওমনিংঙাই ওই ? ইম্নুং তৈনা ঙানত্রিতৈ ; কৈয়েল য়াথোংলোন—য়ায়োশাগী চিঙাকওই য়াইবী মাংনিংঙাইনি—শোইরোই— কাওবা ইভিক মাংকদে —চিঙ্না কুখিবা খুমন কাওবনি। খংদশাই—মা—মাওয়া লংনা শা—খংপনিদো শম্নিসো। পারি নমোম য়াইবী লোয়ে !— মথং—মথং কাওবা খুবাক্কগী লিংনিংঙাই ওইরোই নখোইনা রাবা—কাওবনা খেকনা—খেকনা নোক—আ—হা—হা—হা।

[ কয় চংবে ]

"Light off"

৮ বা

# মোইরাং লম্বী

হাওবা ভপনা চংলক্লা থরাই শোক্লা—

হ—

হুংশি লাইজ ঈরাক্লা
চাংজো মপা থুংজমদা
তাইবং লাঙোন অসিমা
য়াংদো লমথাংদা
মাংনিংঙাই নোংদম্মবরা ?

হ।—

তাইবং চৌনপা ওঈবরা
নমু সিঙাংনবরা
নিংজ রাখন মিৎলাংব
হুংশি চেংলো এংনিংবা
কৌরৌ খোজাপ ঙানববু
মাজং চিংখননহনা
হয়েং খোংদোয়হনবজি
হুংশি নখোয়াং ওঈবরা ?

হ।—ক্সা—

অপাম হুংশি !
খেংমা—হৈন—না লুজবী !
অমক মখি তাদবী !
নংগী লাইজখিত্র চোংবদা
অমাং শকক য়াদবী !
কেখোক্লা ওঈনা চাওপনবী

শোগ্না উনা পাজনবী
নংগী হৈনা তুংইনদ
কাওমদ চিং কাহনবী
লানওমদ ইপাক লালহনবী

চোংদৌ নশক খংওমদাই
মিৎলাং য়াংমা লায়া
মসোং উনা লৈবদি—
উওমদনা তোক্লম্রা ?
কংওমদনা মাংলম্রা ?

হা—হা—হাঁ—

ইকাই খক্কনদবী—নপা লৈতে ইকায়গন—
তাইবং মকম খাদরে—
নমু পন্নেপকম লৈত্রে
নোংমা নোংমা খোঙইনখরে।

(চৎত্রে)

খোইহু মপওয়া পোনা ভপম চংলক—
মোইয়াং লমদম !
য়ারৌ কদোম পাং
পলেম পম্লৌ মরানয়াই ?

মংলায়ওবা—
নমু কনা উদা
তাইবং কনা খেনদা

কাওবা হায় থুংল
য়াইবী মাংবন হাল্লত্রা ?

( সুয়না )—হা—পলেম—পলেম অপোকপী !

নহোম লাইবক চাওবীনা
পলেম ইমা নংবু কৌজেয়ে
হো পলেম ইমা—
[খংলেপ লেপ হাওবা উ কিছুনা]
ইমা—নমোমদি—মাংলেদো—
ইছুনিংথৌ থাংলেন পুন্দোঙ্গীমুক্তা
কপকহুকো—কত্ত কাওবা ভুংইম্নরক্লে ।
লমদমকৈদা পাংসিগে ?

( চেনবা ভুবা চেনগে ভৌবা হাওবা চংলকপা । )

অওবা—! শমোক—যদ থাংপরা ?
য়াংদৌ লমাংনছুনা
লমদম থংদ পাংলক্লে ।

( হাওবা কোংখংপিদুনা খোইদু কিনা য়াদবা )

হাওবা (কপন + হয়াওনা)—ইমোম লাংলেনহন !
করি মদোনো ভৌরিসিদে ?

খোইদু—ঐ খংনিংঙাই ওঈরে
য়াবা শাশিন্নকনু
মাইবী লৌগে হায়রম্ব
ইছুনিংথৌদদি মাংহনবীয় ।

হাওবা—ইমোম মাইবী মাংহনবা
কনা মতিক ওইগনি
মোইরাঙ মঙ্গ তাত্রি
কেগেদা মউ লিংত্রি
পঙ্গৌ—লৈরে—
ইমোমগী করি রাংনিংঙাই।
কনাই—পারি চাওদবা!

থোইমু পিদনা
লৈখোক্রবা হোৎনবা } —অওবা!
ইঙ্গুনিংথৌ—করি থংনিংঙাই ওই।

শাওবা—ঐবু মাইবী হায়া লৌথো
তেংথানিংঙাই ওই:রু
কনানমু তাবিদে—কনানমু উবিদে
মাংনিংঙাই ওইরে—মাংসমু
খোজাপ—তুংহন্নরোই।
মাইবী থবাই লৌজরো।

হাওবা—ইমোম মুংশি থোইমুহনবী।
পঙ্গৌ মারা থৌজাদবু
পাওরো—পুক্নৌ থাবজা
পঙ্গৌ চেংলৌ হন্নমক্ত এদবু
পাদেমবা পাওমেন্নকপরা?
ইমোম নাবু চেংনা চায় কোম
পারি চাওদবা সমু নমদ পোরগে।

খোইমু—ইয়া—পলেম অপোকপী !
নমোমগী চংনকম নৈত্রে
পলেম নংবু মাইবী মাংপ্রবরা ?
( চৎপা )

হাওবা কাচুনা—ইমোম নংবু কদৌগে
পঙ্গৌ মারা তাখোবা ।

খোইমু—অওয়া ! পলেম চেংলৌদদি
মিৎলাং পেমা উজগে—
ইচুনিংথৌ চাউদবা পলেম তমপাক্ত
শিমরম—কাওবা মাগী মথুক্ত—এবু
কোম্ন পিবিয় !

হাওবা ( চ'ক্ল )—আঃ হাওবা ! ত'ইবদে মাইবী পান্মুনিংঙাই ওইথো —লাঙোল ল'ঙোল খুদিংদ পারি নমোম মিৎলাংনেরোইদব নহাকনি । ভারেল থুৎলাং চেৎনা পায় ইমু কিয়াক খাঙ্গবনা হাওবা নত্তিক ওঙ্গরে ।

খোইমু ( রানা )—অওয়া—! অওয়া !
পঙ্গৌ হাওবা করি তাইমমিংঙাই ?
পঙ্গৌনা করি মরাল নৈহুনা ?

হাওবা ( ওক্লা )—ইমোম নংদি পঙ্গৌ লাইবক থিবগী চেংলৌ শকতম থংজ্রবোই কাওবা মাগী মরামরাই হাওবা মক্ত শাথিবা ইমোম নংগী পঙ্গৌ কাওবরা ?

খোইমু ( মুন্না এং )—হাওবা মক্ত শাথিবা ?

পম্বৌ মুংশি মিংথৈ —
খোয়োল হাওবা !
হাওবা—পম্বৌবু কাওরবা ?
খোইরু — অঙম্বা পম্বৌ শেংলবা
পলেম ইমাদি লমদম কৈদ লৈ ?
মাবা কোলোয় শেংনসি ।—
পলেম নত্ত পলেমশা মুমা অমমা
লমদম থাদ হন্দোকপিয়ম ।
ডবব নংনা পম্বৌ নত্তা পম্বৌশা
লমদম কৈদা পুগপে ?
হাওবা—ইমোম লাংলেনহন খোইরুহনবী ।
পম্বৌনা ইমোম খুজেং পাঙ্গৈহনা
লমদম কৈদবু পুগনি ?
( খুজেং পাইনা পুথে )

**"Light off"**

# অয়োইবা

## থোংনেমসুম্বা মরানয়াই

### মাঙ্গোল

মচিন্না কোম্র ফিজোন মোংমা—অঙাওবীগুম ময়াদ খুদোন চিক শান্না—

মুরুম মুরুম শোম্ন লৈ—

হ—মা ঐ—হুঁ—শরি—মাম্মুং—না—মাখুদি—হাঙ্গৈশাই নংদি—

কদৌরি—মুজা—ওইরি—তনব—কা—হুম্না ওইরে—হা—ইকাইশা॥

চোইত্রংবী!

ইমুংদগী মমা—লাংলেন। নহোম—লাওনে

লাংলেমহম—পঙ্থৌ হন্নক্লিংঙাই ওঙ্গৈরেনে।

কোম্রু ক পনা—লাংলেন। ইমোম লাংলেনহন

নহনিংথৌ চাওদবগা য়েক্ক মরানয়াই

মদৌ করম লৈনিংঙাই। পারি চাওদবা

খোল্লাং মায়োক্কনিংলক ইমোম্না কমদৌরি—?

পলেম পাজল শোনবীনা—নমু ভাইবং

চংনয়োল—কম্ন কিশি কিখিবা—

হমকম খংদ—খোদাপ লাম্লিংঙাই

লৈতা— ইমোম—পারি খোঙ্গুল মুংলবদি।

লাইবকচাউবী। পঙ্থৌ লৈ লৈতবগুম—

পারি ইয়োমদি লমজাওম খোঙাইবা

পলেম করম লৈঙমসিগে?

লাংলেনহন। পলেম য়াইবী ওইরীবী

লাংলেন খোইদুহনবী।

থাপনা থোইমু মমুংদগী—ইমা ! -
পলেম অপোকপী !
কোমু—পলেম অপোকপী !—
খমুম লায়গী য়ারারা ?
নমু কনা করেমন তাইবং পেম্বিগ্গাই ওইবরা ?—
লেখী (থোরক্লু)—ইমোম নংবু তাদবরা
লাওবে পলেমগা য়াম্বিনসি
পম্বোমু মোংব খোংদোই হুম্বকিংগ্গাই ওইরে।
পোংমু হায়বী ! লমথুংদবী—
খোয়ীকৈথেল ফাওদবু—খোংবু কনা
য়াম্বিনা—লাকসমু শম্বিসো ! মবেম্মা থাগোক্লা
থোইমু (মমুংদগী)—পলেম নংবু—
নমোম য়ারা তাদবরা ?
চোংলো উত্তমদা নমোমদি য়ারেদা অপোকপী।
কোমু কিংমা চৎকে ভৌবা--লাংলেনহন !
লেম্বীমা কাবা—লাংলেনহন য়ারো কৈদ পাংগপে—
লমহেন কনা ইমোম লংনবা—
পম্বোদ পাওদমনহুনা অক্লম চৈরাক পিহনসি।
কোমু—পলেম নংদি খংদবোই। ইমোম য়ারা খোয়দাবা—
লংহেন কনা ওইকদে। লাংলেন—থোইমুহনবী
পলেম য়ারা তুংইন্না লমদমসোমদ পাংলকও—
লাংলেন নংবু তাবরা—
পলেমগী—থোইমু হনবী !

খোইমু (মমুংদগী)—পলেম অপোকপী !

কোমু—মানি—ইমোমনি—পলেম নংবু তাদরা—
ইমোমনি—আ—উরে—ইমোমনি—ইমোমনি—
পাম্নি চাওদবা মমু নমদপো—ইমোম
লাইবকচাওবী পলেম খোঙ্গুন লিরক্লে—
( মথুং তিংখোক্ল ) লাংলেম—লাংলেনহুন—
পলেমগী—

( লেম্বীবু কপে ক্লম মমোংবু চেৎনা কোন )

খোইমু কপনা চেনশল্লক—পলেম অপোকপী ।

( চেৎনা চান্না কোটৈ )

লেম্বী সোরহম্বনা—উম—নহাকথক মংলাননি থংগমদ
তাইবংনি খঙমদ—মারৌরিদা শারিসো—
নমু মতিক ওইঙমল্রে ।

( এংই মাপ্পি )

কোমু—পাম্নি লাইবক চ'ওবা ! ( পমই + চুপই )
লাংলেন কমদোনা পলেম খোঙ্গুন লিরকই ?

( লেম্বীনা অঙাং পমই )

খোইমু—পলেম অপোকপী ! করি হায়নবু পাঙদমনি—
চিঙ্, লায়না কুবিবনি—নমু মতিক ওইঙমদে—
তনব মানা চেৎনা চান্ন, পম্বো মিংথৈনৌ
পাওতাক্লা—নমোমবু খুজেং পায়না মাংওইবী ।

কোমু—পম্বো মিংথৈনৌ পাওতাকপা ?

ইমোম লাং:লম চেংলৌদি খংঙম্বরা ?

খোইম্নু—মিৎলাংনখিগুম—মিথৈম্নু খোয়োল হাওবা
—পম্থৌগী মিংথৈনি।

কোম্নু—হঁা—মামজনিও লোয়ম্বা !
তনব মসিঙাং ভুংইম্না
ইথংলেন নংম্নু পায়মা পুক্লিং
লৈয়গে খোৌরাংবরা ? ননাওবু
খোইখা লিনখা থাবিম্নু। মুংশি ওইনচাওবী
হৌনশা অহোইনা মুংশি মৈচাক হেম্নিংঙাই—

খোইম্নু ( কিনা )—ভু—পলেম নংবু—তনব অনি
ঐখোই' হৈনা খোঙ্গুল লিয়কপরা ?

কোম্নু (মুংঙাইনা)—ইমোম নংদি খংজ্রবোই—
মাংওই খোজাপ জাল্লকপা
পলেম পোকপা পম্থৌনি—ভুংইম্—হা—
নখোই পোকপা—প—ম্থৌ !

খোইম্নু—হৈমা—পলেম অপোকপী—।—সিম্নু পম্থৌ
পম্থৌ হাওবদি ? ( মমাদ কোন এংখংব )

অনি—কমামা ঐখোই পম্থৌনো ?

কোম্নু নোম্ন—হঁা—হঁা—ইখোমনা ওজৈনিংবদ—ওজৈজরো।
( হোংনেম + হাওব চংলক + কোম্নুপা হনা এং )

— [illegible] যোবয়েনবী।

পম্বোনা তাইবং লাতোলখ তসি কোয়োদ
মহৈ য়ায়ে— ( চংশননা থোইষু কোন )

তাইবং কনা কল্লকচো নমু কনা মিহৌজো—কেপে খংদইবমু খং জহৈ।—মোইরাং তাদস্থু তাজহৌ—ইমোম ময়াল লৈতবীনি—ঐঙগী ই য়াননি। লোদ--কম তলাদে—নিংথি—সেংনা—মহৈ য়ায়ে। মুংশিনবু হেকেরা ? এংথিনবু থংকেরা ? লেংদ "মহাও" মাংকরোই।— হোং নেমমুখ ঐনা সংজবা স্না লিয়াং অহেনবী—মগু মাগী ওকশমদা হুকচয়ে। মাগী ময়ন অসেংবা চেংবা লুনা কোন চিঙু থাংজিংনা কুবিনি। লাংলেন হুন নপারি নমোম'নিগী মিংথৈদি ?

কো মু—ইমোম মিংথৈ—থোইষু হনবী।

পারি মিংথৈ—হাওথিংকোন জকোম লৌথিবা।

হোংনেম—হা—হাঁ—'নিসিথো ইমোমনা—হা—হা।

ইমোম লাংলেনহন লাঙতোনবীবা
হা—হা য়াইখিংকোয়।

কোয়—পাম্মু মানজ লোয়্ষখ—
হাওবা—মুংশি য়োইমনাই লাইবক চাওবী।

—"থৈরবা"—

# ঐনা ইজবা ড্রামা লাইরিকশিং।

## মণিপুর গোভর্ণমেন্ট ইদুকেসন ডিরেক্টরগী মতেংনা

### কোংজরবা—

১। চিংগু খোংনাংথাবা (স্নামহি কোলু রৈথায়বা)।
২। নরসিংহ।
৩। শিজ লাইওইবী।
৪। টিকেন্দ্রজিৎ।
৫। পামহৈবা।
৬। পরিবনেরাজ (পুয়া মৈথাবা)।
৭। মণিপুর লৈশেম্বা।
৮। লব-কুশ (রাম রাজ্য)
৯। পাওনা।
১০। চরাইরোংবা।
১১। ইমা (মাক্সিম গোর্কিগী)
১২। অভিমন্যু।
১৩। হেজুনহা।
১৪। খমহ্ন (থোইবী)
১৫। খাই কেক্রু।
১৬। মাইখিং কোম্ব (মোইরাং কংলৈলোন)।
১৭। ডাক্তর অমগী লিলা পরেং।

### কোংজগ্রিবা—

১। পাম্বোইবী।
২। লমন খুবা।
৩। চন্দ্রগুপ্ত (হুব্রোকপা)
৪। ভক্তরাজ ( )
৫। খম্বা থোইবী (ঐতিহাসিক ড্রামা)